**Tikendrajit (Drama)**
By Late Sougaijam Birendra Singh
Moirangkhom Sougaijam Leikai
Imphal. Manipur

অহানবা ফোংবা ঃ আগষ্ট ১৩, ২০০২



অফোংবা ঃ সৌগাইজম বিজয় সিংহ
সৌগাইজম বীরচন্দ্র সিংহ

কপী মশীং ঃ ১০০০

মমল ঃ মখুম অথাবা — লুপা ১৩০/-
মখুম অপাবা — লুপা ৭০/-

মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ননা খৃষ্টাব্দ: ১৯৪৯ গী মে তাং ২৮ দা অহানবা শান্নখি।

ড্রামা অসি শান্নবীনিংবশিংনা মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়নদগী অয়াবা লৌবিয়ু।

নম্ফম ঃ ইবোয়াইমা প্রিন্টর্স, লোক্রাওবুং, ইম্ফাল

# কচ্চবা

কচ্চরি খুদোল অপোকপী ইমা জামীনীম্নাগী মফমদা
ভমজরি টিকেন্দ্রজিৎ অপোকপা ইপা বীরেন্দ্রগী খুৎইদা
পলেম-পম্বৌ অনিনা পুঙমদনা পুখ্রবা
অকনবা চৈরাক্পা পুন্সী লোম
লৌবীয়ু হকথেংম্না নপারী-ইবুংঙো বীনয়গী খুদোল ॥

মচা-মগুশিং

# ৱাহৈ খরা

শ্রী এস ৺বীরেন্দ্র সিংহগী অশেংবা ইতিহাসকি "টিকেন্দ্রজিৎ" খৃঃ ১৯৪৯ গী মে তাং ২৮ দা এমঃ ডিঃ ইউঃ দা শান্নখি, খৃঃ ১৮৯১ দা থোকখিবা থৌদোক্কি উহৌবা কনা লৈত্রে ৱারী নত্তনা।

শ্রী৺বীরেন্দ্রনা ইতিহাসিক্কী অচেৎপা য়ুম্ফমদা ইবিরকপা টিকেন্দ্রজিৎনি, এমঃ ডিঃ ইউঃ না মঞ্জদা শক্তম ওইনা ৺ললিত সিংহগী ডাইরেক্সন মখাদা, খোমদ্রাম ৺ধনচন্দ্রনা টিকেন্দ্রজিৎ, ওজা ইবুংঙো ৺ললিত সিংহনা থাঙ্গাল, অসেম ৺তোম্বাসনা, ঙাংবম ৺জুগোলচন্দ্রা অনিনা নিংথৌ শাবিখি, এলাংবম জয়চন্দ্রনা পকাম্না শাবিখি, সাহেবনা কামিনি, হঞ্জবম নিলমনি নচিংবনা শাবিখি। সরকারগী সিফাই নেক্তুনা অণ্ডকপা খুপুথোক অমা ওইনা পুথোকখি, মমৈথংদা খোমদ্রাম ওঝা ইবুংঙোনা ঙম্লক্তবা মতমদা মাইবম ৺রামচরননা টিকেন্দ্রজিৎ শাবিখি। পুন্নমকসি মিৎনা উজবা পাওদমনি।

ইম্ফাল

তাং ৬।৮।০২ ইং


থাইদেম বিহারী সিংহ

পেট্রোন মেম্বর

মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন

ইম্ফাল।

# ৱাহৈ খরা

ওঝা সৌগাইজম -বীরেন্দ্র সিংহনা ইবিরম্বা "টিকেন্দ্রজিৎ" ড্রামা অসি পাজবদা লিলাগী চপ চাবা ডাইলোক্কী ফজবা মহাও অমদি মতমদুগী ওইরমগদবা সমাজগী মশক অদু ওঝাগী স্ক্রপ্ট অসিদা উবা ফংজৈ। ওঝাগী স্ক্রপ্ট অসি হৌরক্লিবা ভুংগী নাহারোলশিংনা নৈনবদা অচৌবা মতেং ওইগনি হায়বগী থাজজবা লৈজৈ ।।

ক্ষেত্রিময়ুম ইবোহল সিংহ
নাত্য ভুষন
চ্যারমেন, সেনিয়ার ডিরেক্টর বোর্দ
এমঃ ডিঃ ইউঃ।

ইম্ফাল
তাং ৭।৮।০২

# ৱাহৌদোক

ঐখোয়বু পোকপীরম্বা সৌগাইজম বীরেন্দ্র সিংহনা ড্রামা, ৱারীমচা অমদি ট্রান্সলেসন কয়া অমা থম্বীরম্মী। লাইরিকশিংসি ফোঙদোক্লবা তত্তনা হায়জখি। লাইরিক ওইনা ফোঙদোকপা তারবদি খরা শেমদোকপা দরকার লৈ হায়না তাকপীরম্মী। লৈখিদ্রবা ওঝা এলাংবম নীলকান্ত সিংহনা যুমদা লাকপা মতমদা বাবাদা লাইরিকশিং অসি তুংগী নহারোলগী য়েংদুনা ফোঙদোকপীয়ু হায়বীরম্মী।

বাবানা টিকেন্দ্রজিৎ ড্রামা অসি ইনবা হোৎনবদা অচৌবা তেংবাং লৌখিবা অদুগী মৈদিংগু মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ কে: সি: এস: আই: (খৃ: ১৮৫০-৮৬) না পানবা মতমদা থোইদোক্লা মশক নাইবা ফম্নাইবা অমা ওইনা লৈপাক ঙাকপগী অচৌবা থৌদাং লৌরম্লবা শ্রীসৌগাইজম বলরাম জেনরেল (১৮১৬-১৮৮৯) গী মচা ইবুংঙো অহল শ্রীসৌগাইজম ভুবন সিংহ (১৮৭০-১৯৪৩) মণিপুর ষ্টেটকী দরবার মেম্বর অমসুং মচাইবুংঙো শ্রীসৌগাইজম ইবুংঙোচাওবা সিংহ (১৮৭৬-১৯১৭) মণিপুর ষ্টেটকী অহানবা দরবার মেম্বর অমসুং মহাক্কী সহধর্ম্মিনী জননেতা হিজম ইরাবত সিংহগী মনে ইবেম্মা হিজম নিংঙোল ইবেতোন দেবী লোইননা হাওবম সুবেদার মেঞ্জর অমসুং ময়াম্বুং শ্রীসৌগাইজম সোমোরেন্দ্র সিংহ (১৮৯৪-১৯৮৫) মণিপুর ষ্টেটকী দরবার মেম্বর, শ্রীসৌগাইজম মোহেন্দ্র সিংহ, শ্রীসৌগাইজম ইবোতোম্বা সিংহ অমসুং মনাওনুপা সৌগাইজম ধিরেন্দ্র সিংহ অমদি অহল-লমন কয়াগী চরণদা নোল্লুকচরি।

বাবানা লৈখিদ্রবা মতুংদা লাইরিকশিং অসি ফোঙদোক্কে হায়না খঞ্জবা মতম কুইরে অদুবু হন্দক্কী লাইরিক অসি (টিকেন্দ্রজিৎ) ফোংগে খঞ্জবগা, শ্রীচবুংবম গুনিন্দ্রো সিংহগা ড্রামা অসি নৌহৌনা শান্নবা লনাই ওইনা খন্নখি। এমঃ ডিঃ ইউঃ না ড্রামা অসি খৃ: ২০০২ গী আগষ্টকী তাং ১৩ দা শান্নরনি হায়না হায়বিরকপদা হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইজে লোইননা এমঃ ডিঃ ইউঃ গী ওফিসিএল অমসুং আর্টিসশিংগী মফমদা অইবগী মচা-মশুশিংনা তৌবিমল খংবা উচ্চরি।

মতমনা তেনবগা ইবোয়াইমা প্রিন্টর্সনা হান্নগী অচিনবা প্রোগ্রামগী মরক্তা ড্রামা অসিবু নম্নবা হায়জরুবদা "পাবুংগীবু তৌদবা য়াবরা" হায়দুনা মাংজৌননা লাইরিক ওইনা পুথোকপীববু তৎল্লরোইদবা মরি অমগা লোইননা থাগচ্চরি।

অরোইবা ওইনা লাইরিক অসি পুথোকপদা অহিং নুংথিল খাক্তনা অচৌবা থৌদাং লৌখিবা অহল-লমন, মরু-মপাং অমদি ঐগী নুংশিজরবা ইচল-ইচে ইয়াম্বা-ইনাও, ইচা-ইশুশিংবু লোইনাইদ্রবা ৱাহৈগা লোইননা থাগৎচরি।

সৌগাইজম লৈকাই, ইম্ফাল।

আগষ্ট ৮, ২০০২ ইং। শ্রীসৌগাইজম বীরচন্দ্র সিংহ



## শ্রীসৌগাইজম ৺বীরেন্দ্র সিংহ

মৈদিংঙু মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ কেঃ সিঃ এসঃ আইঃ (খৃঃ ১৮৫০-৮৬) না পানবা মতমদা থোইদোক্লা মশক নাইবা ফম্নাইবা অমা ওইনা লৈবাক ঙাকপগী অচৌবা থৌদাং লৌরম্লবা শ্রীসৌগাইজম বলরাম জেনরেলগী মচা ইবুংঙো শ্রীইবুংঙোচাওবা সিংহ মণিপুর ষ্টেটকী অহানবা দরবার মেম্বর অমসুং মহাক্কী সহধর্ম্মীনী জননেতা হিজম ইরাবত সিংহগী মনে ইবেম্মা হিজম নিঙোল ইবেতোন দেবীগী মচানুপা ৫ (মঙা) পোকপগী মরিশুবা মচানুপানি। মহাক খৃষ্টাব্দঃ ১৯১৩ গী জানুৱারী তাং ১৭ তা য়াইস্কুল মোইরাংখোম সৌগাইজম লৈকায়দা পোকখি।

শ্রীসৌগাইজম বীরেন্দ্রা সিংহ পুকচেল তপ্পা লমচৎ ফজবা মীশক অমা ওইরম্মী মহাকপু খ্বাইনা শ্রীসৌগাইজম বীরেন সিংহ হায়নসু খংনৈ। শ্রী সিংহ মহৈ মশিং তম্বা লোইরগা চুড়াচান্দ হায়স্কুল হৌজিক্লা (চুড়াচান্দ হায়র সেকেন্দরী) দা ওজা ওইরম্মী।

শ্রীসৌগাইজম বীরেননা মৈদিংঙু গরিবনিৱাজ অমসুং মশানৌ মীতৈ লৈমা পাইখুগম্বাবীগী মসু ইবেম্মা রাজকুমারী জামীনীস্না লুহোংদুনা লৌখি অমসুং মচানুপা মরি বীনয়, বীজয়, বীরচন্দ্র, বীশ্বনাথ মচানুপী মরি বিজয়া, বিনা, বিমোলা, বিশাখা পোক্লম্মী।

শ্রী সিংহ নহা ওইরিঙৈদগী পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাওগী মমাং অমসুং মতুং অনিমক্তগী শান্ন-খোৎনবদা য়াম্না থৱাই য়াওবা মীশক অমা ওইনা হৌরকপনা মণিপুরগী মহুৎ শিন্দুনা ফুটবল অমসুং হৌকিনা চিংবদা প্লেয়ার অমা ওইনা মণিপুরগী মপান্দা শান্নবা কয়ামরুম য়াওখি। মরু ওইনা কলিকাতাদা হৌজিক ফাওবা চৎথরীবা হোকিগী মরুওইবা Tournament "বাইতোন কপ"

তা মণিপুরগী মহুৎ শিন্দুনা প্লেয়ার অমা ওইনা শরুক য়াখি। মসিদসু নত্তনা আসামগী "Invitation Football Tournament" অমসুং Assam Olympic তসু শরুক য়াখিবা মীওইনি। মতম কুইনা প্লেয়ার ওইনা লৈরম্লগা শান্নবা পোৎথাবা মতমদা মণিপুরগী শান্নবগী মরু ওইবা Organisation, All Manipur Sports Association দা Executive Member ওইনা লৈবগা লোইননা মহাক্কী পামজবা হৌকি অমসুং ফুটবল মশান্না অনি অসিগী মনিং চৎপা Referee সু ওসরম্মী। শ্রী সিংহ য়াম্না অখাং কনবা, মথৌদা পুক্রিং চংবা মীওই অমনি। কাংজৈবুংদা ফুটবল নত্রগা হোকিগী Tournament চৎথরিবা মনুংদদি শ্রী বীরেন্দ্র স্কুলগী ওঝা ওইবগী থবক লোইরম্লগা ময়ুমদা হনবগী মহুৎতা কাংজৈবুংদা লাক্লগা অসোই অঙাম লৈবম্না পুন্নমক শেমগৎতুনা হোৎনবা মীওই অমসু ওইরম্মী। দবকার লৈরবদি মহাক থংনা থংননা ফুটবল মেটচ অনিগী Referee ওইনা কন্দক তৌবা ঙম্বা মীওইনি। অদুগা মহাক অহল, অঙাং অমসুং মমান্নবা খুদিংমক ঊন্নবা ঙম্বা মীশক অমসু ওইরম্মী। শ্রী সিংহ Organiser অমা ওইনা মতম অদুগী Football, Hockey, Track & Field গী মেজরমেন্ট তৌদুনা শান্নবা য়ানবা হোৎনবা অসি মহাক্না মরু ওইনা তৌরম্মী মসিগা লোইননা মণিপুরগী খ্বাইদগী চাউবা Invitation Football Tournament, ময়াম্না C.C. Meet হায়বগা খংনবা Tournament অসিগী Fixture শেম্বা অসিনচিংবা Sports কী Technical ওইনা থবক কয়াদসু মরু ওইবা থৌদাং লৌরম্বা মীশক অমা ওইবম্মী। শ্রী সিংহ "All Manipur Sports Association, All Manipur Football Association অমসুং All Manipur Volleyball Association গী Life Member ওইরম্মী।

শ্রী সিংহ নহা ওইরিঙৈদগী শান্ন খোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌরম্বদা নত্তনা মণিপুরী সাহিত্য চাউখৎপগী লমদসু অচৌবা থৌদাং লৌরম্বা মীশক অমনি। শ্রী সিংহ রারী মচা অমসুং ঈশৈ, শৈরেং কয়া ইরম্বদা নত্তনা ড্রামা কয়াসু ইদুনা থিয়েটরগী জগৎতা মহাক্কী অচৌবা দান তৌরম্মী। শ্রী সিংহগী খোর্জৈদগী থোকপা নীংশিংবা য়াবা ড্রামাশিংদি টিকেন্দ্রজিৎ, মায়া সংসার, স্বয়ম্বর মচিন-মনাও, মচিন-মৌপ্বা, নেতাজী, মৈচাক অমসুং লোইকুম লোইকানচিংবনি। মহাক্কী ড্রামাশিং অসি Manipur Dramatic Union না কয়ামসু উৎখ্রে।

মসিদা নত্তনা শ্রী সিংহ বৈষ্ণব ধর্ম্মদা পুক্লিং লুপচবা ঈশ্বরবু থাজবা অশেংবা ভক্ত অমসু ওইখি। মহাক মশামক্না শ্রীশ্রীব্রজবৃন্দাবন্দা মবুধৌ শ্রী বলরাম জেনরেলনা লীংখৎলম্বা শ্রীশ্রীরাধাবিনোদজীগী মণি মন্দিরবু হৌজিক্কী মতমগা চান্নবা নিংথিবা মওংদা শেমগৎ-শাগৎতুনা কৎলম্মী।

শ্রীসৌগাইজম বীরেন্দ্র সিংহ ব্রাকচিংগী ৮ (নিপান) নি পানবা তাং ২৯। ১২। ৯৫ ইং ইরাই নুমিৎকী অয়ুক পুং ৭ (তরেৎ) তাবা মতমদা মশাগী য়ুম, সৌগাইজম লৈকাই মোইরাংখোমদা মশাগী চহি ৮৩ (মরিফু হুমদোই) শুবকপদা সংসারদগী বীদাই লৌখি।

# "টিকেন্দ্রজিৎ"

**লীলা অসি এমঃ ডিঃ ইউঃ না খৃঃ ১৯৪৯ গী মে তাং ২৮ দা অহানবা ওইনা শান্নখি। মতমদুদা মরুওইবা শক্তম লাংখিবশিংদি**

১। সুরচন্দ্র — অসেম তোম্বীম্না সিংহ
২। কুল্লচন্দ্র — ঙাংবম জুগোলচন্দ্র সিংহ
৩। টিকেন্দ্রজিৎ — খোমদ্রাম ধনচন্দ্র সিংহ
৪। পাকাম্না — এলাংবম জয়চন্দ্র সিংহ
৫। থাঙ্গাল — সোরোখাইবম ললিত সিংহ
৬। মৈতৈগী অঙম অথৌশিং —
(১) খাইদেম মংলেম সিংহ (২) ঘনশ্যাম শর্ম্মা
(৩) এল: ইবোহল (৪) খাইদেম বিহারি সিংহ
(৫) এল: য়াইমা শর্ম্মা (৬) হৈস্নাম শানু সিংহ
(৭) ক্ষেত্রি: ইবোহল সিংহ
৭। পোথিক — নিলকান্তা শর্ম্মা
৮। বৃটিশ কাংবু — থোকচোম কামিনি সিংহ, ঐচ: নিলমনি শর্ম্মা, চান্দম গোপাল সিংহ, খাইদেম দেবেন সিংহ, গৌরহরি শর্ম্মা, থোকচোম ইবোহল সিংহ
৯। বৃটিশ সিফাইশিং — মতমদুগী অহানবা মণিপুর রাইফলসকী সিফাইশিং
১০। মহারানী প্রেমময়ী— গৌরমনি দেবী
১১। লেডি গ্রিমুড — থম্বালঙৌবী মচা
১২। জগোই শাবিশিং — কুঞ্জবতি, রুপমঞ্জুরী, ক্ষেত্রি ইবেতোম্বী, কর্মলিনি, ক্ষেত্রিময়ুম তোম্বীনৌ, গুরুময়ুম মেম্মা

**বেক ষ্টেজ —**

১। ষ্টেজ, লাইট, সাউন্দ — আর: কে: বীজয় সিংহ
২। ওরকেষ্ট্রা — ক্ষেত্রিময়ুম জোলচন্দ্র সিংহ, চান্দম গোপাল সিংহ রাসবিহারি শর্ম্মা
৩। মেক-অপ — কে: লালা সিংহ
৪। কষ্টুাম — এস: নরটন সিংহ
৫। প্রোমপতর — মৈত্রম দেবেন, এস: ভুবন সিংহ

*ডিরেক্টর* : **এসঃ ললিত সিংহ**

## ২০০২ গী আগষ্ট তাং ১৩দা "টিকেন্দ্রজিৎ" লীলাদা শক্তম লাংখিবা এমঃ ডিঃ ইউঃ গী আর্টিষ্টশিং ঃ

### নিপাগী কাংলুপ

১। সুরচন্দ্র — সিআইচ: জ্যোতিন্দ্র সিংহ

২। কুল্লচন্দ্র — তোনজম প্রিয়োবর্ত্ত সিংহ

৩। টিকেন্দ্রজিৎ — আইচ: দেবেন সিংহ

৪। পাকাম্না — এম: মঙাংসনা সিংহ

৫। জিলাঙম্বা — এল: বিপিন সিংহ

৬। থাঙ্গাল — কেআইচ: থোইবা সিংহ

৭। পোইলা — কে: অচৌবি সিংহ

৮। টিকেন্দ্রজিৎকী মনাই অমা — রা: কু: অরুন সিংহ

৯। পাকাম্নাগী মনাইশিং — এল: মোতিলাল শর্ম্মা, মংলেম, তাম্না সিংহ, উনবা মৈতৈ।

১০। জিলাঙম্বগী মনাই অমা — বি: কে: পেবিয়া।

১১। বেঙ্গুলদার অমা — এল: রুপচন্দ্র সিংহ

১২। সেনাৎ খনবা — কেআইচ: তোম্বী সিংহ

১৩। পুং-য়ৈবা অমদি পাউচেনবা — গোসে মৈতৈ

১৪। ইম্ফাল নুপা — এল: সুবোল সিংহ

১৫। লৱাই নুপা — ৱাই: ইবোতোম্বী, দেৱান, গোবিন্দ শর্ম্মা

১৭। মৈতৈ লাম্মী — কংলৈ ঈনাৎ শিন্দম শংলেনগী মহৈরোইশিং

১৮। খেলেন্দ্র সুবিদার — এস: মেঘচন্দ্র সিংহ

১৯। মিষ্টর গ্রিমুড — আর: কে: বিকোমজিৎ সিংহ

২০। কুইন্টন — মোহোন লাল সিংহ

২১। মেঞ্জর মেক্সওয়েল — এল: অমরেন্দ্র শর্ম্মা

২২। মিটচেল — টিআইচ: বিরজিৎ সিংহ

২৩। মিষ্টর কসিন্স — এম: মনিমোহোন সিংহ

২৪। কর্নেল স্কিন — রা: কু: গুনধ্বজ সিংহ

**নুপীগী কাংলুপ :**

২৫। মহারানী প্রেমময়ী— য়ুংখাম চান্দনী দেবী

২৬। লেদি গ্রীমুড — গাইজিল্লু গোলমৈ

২৭। জগোই কাংবু — এস: ধনমঞ্জুরী দেবী, কু: রোজিতা, কু: ভারতী দেবী, রা: কু: রঞ্জনা, এল: অমিনা দেবী, এল: ভিক্তোরিয়া দেবী

**বেক ষ্টেজ :**

১। ষ্টেজ, লাইট, সাউন্দ — ৱাই: রাজেন সিংহ লোয়ননা এল: অমরেন্দ্র, এল: ইনাউবী, এল: মিলন, এল: বিপিন, এল: গোবিন্দ শর্ম্মা, পি: সনাতোম্বা সিংহ

২। ম্যুজিক — বোকুলমখোং ইমো শর্ম্মা লোয়ননা এল: শুবোল সিংহ, ও: নব সিংহ

৩। মেক-অপ — এনজি: স্বর্নজিৎ সিংহ লোয়ননা খোলচন্দ্র, বি: কে: পেবিয়া

৪। কষ্টুাম — চান্দনী দেবী লোয়ননা বিকোমজিৎ, উনবা মৈতৈ অমসুং ৱাই: ইবোতোম্বী সিংহ

৫। পব্লিসিটি — ৱাইখোম ইবোতোম্বী লোয়ননা গোসে মৈতৈ

৬। ওদিটোরিয়ম — এস: গৌরি সিংহ

*ডিরেক্টর* : **ক্ষেত্রি: ইবোহল সিংহ**

এসিষ্টেন্ট ডিরেক্টর : **চো: গুনিন্দ্রো**

**এস: রাজেন সিংহ**

# ড্রামাদা চংগদবা মীওইশিং

**নিপা কাংলুপ**

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | সুরচন্দ্র | — | মণিপুরগী মহারাজ। |
| ২। | কুলচন্দ্র | — | ঐ মনাও মণিপুরগী যুবরাজ (কোন্না নিংথৌ ওইবা) |
| ৩। | টিকেন্দ্রজিৎ | — | ঐ মনাও মণিপুরগী সেনাপতি (কোন্না যুবরাজ ওইবা) |
| ৪। | পাকাম্না | — | ঐ মনাও মণিপুরগী শগোল হনজবা |
| ৫। | থাঙ্গাল | — | মণিপুরগী মেঞ্জর জেনরেল |
| ৬। | খেলেন্দ্র | — | মালেসাগী সুবিদার অমা |
| ৭। | থোকচোম পয়লা | — | স্বর্গীয় ঈশ্বর মহারাজগী মকু, থোকচাওগী মপা, চহি ৬০ রোম শুরবা |
| ৮। | কুইন্টন | — | চিফ কমিশনার |
| ৯। | গ্রিম্উড | — | মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট |
| ১০। | কর্নেল স্কিল | — | কুইন্টনগা লোইনরকপা সিফাই লুচিংবা |
| ১১। | সেন্ট জোনফোর কাউন্ট মিটচেল | — | ফাঁসিগী হুকুম হায়বা জজ |
| ১২। | মেঞ্জর মেক্সওয়ল | — | নোংচুপ্পুগী লাকপা মালেসা তেঙ্গোলগী লুচিংবা, কোন্না মণিপুরগী P. A. |

লেপ্টনেন্ট সিমসন, কমিসন (Asst. Secy.). A.W. Denis (নাগাহিলগী কমিশনার), বেংগুলদার অমা, পথিক অমা, পাওচেনবা অমা, খানশামা অমা, ইম্ফাল নিপা অমা, লৱাই নিপা অমা, মালেসা সিপাই খরা, মৈতৈ লাম্মি খরা, সেনাক খনবনচিংবা মৈতৈ থৌগন মী খরা, অমসুং নিপামচা খরা, পাকাম্নাগী মনাই খরা অসিনচিংবা।

**নুপী কাংলুপ**

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | লেডি গ্রিম্উড | — | পোলিটিকেল এজেন্টকী মেম |
| ২। | লৈহও (প্রেমময়ী) | — | মহারাজ সুবচন্দ্রগী মহারানী |

লাই হরাওবা জগোইশাবী খরা, মৈতৈ জগোই রাসকী গোপীনা চিংবী।

## মথং মনাও নাইনা থোকখিবা থৌদোকশিং

| | |
|---|---|
| বীর টিকেন্দ্রজিৎনা<br>মহারাজ সুরচন্দ্রগী<br>মথক্তা লাল হৌবা | খৃষ্টাব্দ ১৮৯০ গী সেপ্তেম্বর থাগী তাং ২১ গী অহিংদা |
| সুরচন্দ্রনা ইম্ফাল<br>থাদোকপা | ওক্টোবর থাগী তাং ৮ গী অহিং ৭ ॥<br>তাবা মতমদা |
| আসামগী চিফ কমিশনার<br>J.W. Quiton না ইম্ফাল<br>য়ৌরকপা | খৃষ্টাব্দ ১৮৯১ গী মার্চ্চ থাগী তাং ২২ দা |
| চিফ কমিশনারনা টিকেন্দ্রজিৎ<br>ফানবা লাল হৌবা | মার্চ্চ থাগী তাং ২৪ নোংঙাল্লমদাইদা |
| টিকেন্দ্রজিৎ অমসুং<br>মেঞ্জর থাঙ্গালগী ফাঁসি নুমিৎ | খৃষ্টাব্দ ১৮৯১ গী আগষ্ট থাগী তাং ১৩ দা। |

# হিরম লামায়

## ১বা অঙ্ক



## ২শুবা অঙ্ক



## ৩ শুবা অঙ্ক

# ১বা অঙ্ক।

## ১বা দৃশ্য।

## লৈকোল।

(লৈকোলগী নিংথিবা দৃশ্য, নিপামচা খরা হরাওনা চেন-চোংদুনা শান্নবা, সেনাপতি টিকেন্দ্রজিৎনা নোক্লগা হরাওনা কুম্মৈ য়েংজবা)।

টিকেন্দ্রজিৎ – (ঙহাক হরাওনা য়েংলগা) নখোই লোইনা ঐগী ইনাক্তা লাও। (অঙাং ময়াম চংশিনলক্লুনা টিকেন্দ্রজিৎপু ইকোই কোইশিনবা, অদুদগী সেনাপতিনা, মখোইবু নুংশিনা য়েংলগা) নখোইগী মরক্তা মুক্লা শান্নগে হায়বা কনা-কনা য়াওরি ? য়েংঙোই অথাবা মীদু মনা য়াম্না চাওনা ফংগনি।

১বা অঙাং – ঐহাক্কী লম্বা পিবিয়ু, ঐহাক শান্নজগে।

টিকেন্দ্রজিৎ – (নোক্লুনা) কনানো অমা চোংথোরক্লোদনা।

২শুবা অঙাং – ঐহাক্কা শান্নগনি, মাগী লম্বাদি ঐহাক্কি।

টিকেন্দ্রজিৎ – অদুদি নফী শেমনরো। (অঙাং অনি মফী শেমনরগা চংশিন্নরকপা) ঙাইখো, ঐগী ৰা তাখো। নবানি অমনা থারবসু, অমনা থারবসু, য়াম্না কন্না থানবদি য়াদেকো। (অঙাং অনি মুক্লা শান্নবা হৌবা, ময়াম্না হরাওনা য়েংবা, অঙাং অনি অমুক অমুক থানবা) নবানি হৈবা চপ মানৈ, অমুক অমুক থানরে। লাও ঐ মনা পীরগে।

(অঙাং অনি চংশিন্দুনা, টিকেন্দ্রজিৎকী মমাংদা খুরুখুদক কুনবা, টিকেন্দ্রজিৎনা ফুরিৎখাওদগী পৈশা লৌথোক্লুনা পিবা, অনিনা লৌরগা খুরুম্বা, অদুদগী সেনাপতিনা অঙাং অতৈদা য়েংলগা) ওঝাশিংগী কৃপাদগী ঙসি ঐহাক্কী কর্ম্ম মপুং ফারে। ঐহাক্লা ঙমজবা দক্ষিনা খর খরদং ......। (টিকেন্দ্রজিৎনা অঙাং মশিংশুনা পৈশা য়েনবা, অঙাং ময়াম্না হরাওজবা, মতম অসিদা লেডি গ্রিমুড, তুং ওইরপনা চংলক্লগা, মতৌ

অদু ঙক্লা য়েংদুনা লৈবা) ঙসিদি নখোই হল্লো। অদুগা নিতিগী নখোই ঐগী ইনাক্তা লাক্কদবনি, কাওগনুকো। (অঙাং ময়াম হরাওনা চেনথোকখিবা, সেনাপতি য়েংদুনা লৈহৌবা)।

লেডি গ্রিমুড – সেনাপতি সাহেব, সালাম। (সালাম তৌবা)।

টিকেন্দ্রজিৎ – (য়েংথোক্লগা সালাম তৌদুনা) সালাম। মেম সাহেবতি কদায়দা লেংবিক্লরিবা ?

লেডি গ্রিমুড – Senapati Saheb, while walking I heard the children laugh in your garden and have come here. ঙসি সেনাপতিগী নতৌ উবদা ঐহাক য়াম্না ঙকলে। 'Am very much astonished at your behaviours.

টিকেন্দ্রজিৎ – ঐহাক্কী করম্না ইতৌ উদুনা মেম সাহেবনা ঙকপিবিবা ?

লেডি গ্রিমুড – Senapati Saheb, I come from overseas, have been to various quarters of the globe; I have never seen a man so brave in war and straight forward as you. সেনাপতিগুম্বা মী য়াম্না তাংই। I can't but respect you within. ঐনা নংবু respect তৌদবা ঙমদে।

টিকেন্দ্রজিৎ – (মোমোন নোক্লুনা) মেম সাহেব, নখোইগী অসিগুম্বা ৱাঙাং খোনফম অসি লৈতনবু, সমুদ্র ইথৎতা লৈবা, নখোইগী জাতিনা, মতৌ করম্না ঙসি পৃথিবীগী মফম অয়াম্বগী মপু ওইগনি ?

লেডি গ্রিমুড – Senapati Saheb, trust me. We don't know how to flatter. ঐখোই চীরোন তৌবা হৈতে।

টিকেন্দ্রজিৎ – মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্টকী মেমনা করিগীদমক্তা ঐহাক্কী ইফমদা চীরোন তৌগদগে ? অদুবু মেম সাহেবকী ফজরবা ৱাহৈ-লৈতেং অদুগা, ঐহাক্কী ইতিক ইগুণগা মপা খিৎ চামনদ্রবরা হায়না খঞ্জবতনি।

লেডি গ্রিমুড— I am sure you are not convinced of what I say. সেনাপতি সাহেবনা ঐবু থাজবা ঙমদ্রে। Well, Senapati Saheb, to-day you don't trust me; but one day I'll prove that my words come true. নোংমা প্রুফ তৌদুনা থাজবা পিগনি। Good bye. (সালাম তৌরগা থোকখিবা, সালাম ওক্লগা সেনাপতি য়েংদুনা লৈহৌবা, অতোপ্পা মাইকৈদগী থাঙ্গাল চংলকপা)।

থাঙ্গাল – ইবুংঙো !

টিকেন্দ্রজিৎ – (হয়া য়েংলগা) ইপু মেঞ্জর চংবিরকউ। করি তাকপিগদবা ............ ?

থাঙ্গাল – ইবুংঙো সেনাপতিগা ৱা অমত্তা তান্নিনিংদুনা ............।

টিকেন্দ্রজিৎ – করি ৱা তান্নসি হায়বগে, ইপু ?

থাঙ্গাল – অতৈ নত্তে ইবুংঙো। ননাই প্রজাশিংনা নিংথৌ অমদি ইবুংঙো খোইদদি হংগৎপা ঙমদ্রগা, ননাই ইপুদা, লাইরবা পাম্বা ঙমদ্রে, প্রজা ৱারে হায়না ৱাকৎপনা তা-হৈবা ঙমদ্রে।

টিকেন্দ্রজিৎ – য়াম্বুংনা নিংথৌ ওইরিবা, ইপুনা মেঞ্জর ওইবা লৈপাক অসিদা, কনানা ওৎ-নৈদুনা প্রজানা ৱারিবনোনে, ইপু ? ৱারক-ৱাতেম পামজরবা, হুয়েন-লানতবু নিংজরবা, ইপু মেঞ্জরনা অদুগুম্বা মীশক উরগা, ঙসি ফাওবা তুমিন্না য়েংদুনা লৈবিরিবদি, করিগীদমক্তনো, ইপু ?

থাঙ্গাল – ইবুংঙো, ইপুখোইনা মিয়েং চংবা য়াদবা মীশক অদুক ওইবনা, প্রজাশিংগী ৱাকৎপা অসিবু, ইবুংঙোগী মা নাকোং য়ৌহনবনি। অদু নত্রবদবু .... ?

টিকেন্দ্রজিৎ – ইপু মেঞ্জরনা ৱারক-ৱাতেম্বা য়ারোইদবা মীশকপু, মণিপুর সনা লৈপাক অসিদা, হৌজিক কনা মরু হুললিবগে ? নত্তে ইপু, ইপুনা অদুক ৱাংনা থাংগৎপিরিবা মীশক অদু কনানো, অমুক্তা হায়দোকপিয়ু, তাসি ?

থাঙ্গাল — ইবুংঙো, কনা ওইগদগে ? নয়াম্বুং ইবুংঙো মহারাজগী মিৎকী মনি ওইরিবা, নিংথৌগী দণ্ডি কীবনা, অঙম্বা কনানসু মঙোন্দা, ব্রা কারল চনবা ঙমনদ্রবা, ননাও ইবুংঙো ...... ।

টিকেন্দ্রজিৎ — পাকাম্না, শগোল হনজবা ?

থাঙ্গাল — মানি ইবুংঙো, ননাও ইবুংঙো পাকাম্লানি। মহাক্কী মনাই মশলনা ওৎ-নৈবনা, লাইরবা প্রজাশিং ওহোক্লা ব্রানা খাংলেদা, ইবুংঙো। ব্রা ঙাংলুবদি মতিক নত্তা, প্রজাশিংগী মমিৎতগী মপী কংবা লৈখিদ্রে।

টিকেন্দ্রজিৎ — ইপু, ঙসি ইপুনা নশুদা তাকপিরিবা ব্রাফম অসি, ঐগী ইনাও অঙৌম্না অমদি জিলাঙম্না খোইগী মচিন্দগী তাবা কুইরে। অদুবু ঐগী ইনাও পাকাম্নানা অদুগুম্বা পুকচেল চেনগনি হায়বসি, নয়াম্বা ঐনা থাজবা ঙমদে। মরম অদুনা ইপু, ইপুখোইসু মীনা পংহায় হায়বা লৌবিগনু। মনাই মশলনা লম খরা হেনজরবসু, ঐগী ইনাও পাকাম্নাদি, অদুগুমবা পুকচেলমক্তি চেললোইদা।

থাঙ্গাল — ইবুংঙো, মপুগী ঈঙ্গিৎ ফংদনা, মনাই মশলনা লম-পংহেন হেনবা য়ারোইদা। ইপু প্রমান অমা তৌজগে। উরীগী শিংদা চনদবা, করম্বা পামেল উজাওগী মশা মরেংনা মরী চৎপা অসিবু, করিগুম্বা মতমদা উবিগ্রবরা ? সেনাপতি ?

টিকেন্দ্রজিৎ — ইপু, অদুগুম্বা উজাও অদুদা, উতাংবীনা নিংথিনা তোংলবদি, উজাও অদুগী মশা মরেং অদুসু মরী চৎপোই নিংহন্দুনা, উজাও অদুবু উরীগী শিংদা শিংথাহনবদি, ইপুসু য়াবিফম থোকইনা ? মরম অদুনা ইপু, মরাল লৈতবা উজাও অদুগী মগুণ মাংদনবা, উতাংবীশিং অদু, ফোইদৎতুনা হুনদোকখিবনা চুমলোইদ্রনে, ইপু ?

থাঙ্গাল — ইবুংঙো, ইকাইবা খংদ্রবা উতাংবীগী জাৎনি। ইশু ইপু ঐখোইনা উতাংবী অদু ফোইদৎতুনা হুনদোকখ্রবসু, কাইদোংফম ফরবা উজাও অদুদা, অনৌবা উতাংবী অমা হেক্তা মতোংলগনি।

মরম অদুনা ইবুংঙো, ইপুনা পাম্বদি, পামেল উজাও অদু, মরা ফংনা কোক হেক ফুকতোকপা। অদু ওইরবদি উজাও অদু লৈত্রবনিনা, উতাংবীসু অমুক তোংলরোই।

টিকেন্দ্রজিৎ – নত্তে নত্তে ইপু, রাখল অদু লাললে। অচম্বা উসু নৎতবা, নিংথৌ কোন্দা হৌবা, য়াম্বুংনা পামজনা থাজবা, অদুগুম্বা পামেল উজাও অদুবু, কোক হেক ফুকতোকপা চুমদেদা।

থাঙ্গাল – অদুদি ইবুংঙো, নিংথৌ কোনগী উজাও শোকপা য়াদে হায়দুনা, ইংলবা রাকচিংগী মতমদা, উজাও অদুগী উরুমদা, নুংশা-মৈশা ফংদবনা, থক থক নিকতুনা খাংলবা, গতি লৈজদ্রবা প্রজাশিংবু, অসুম তুমিন্না য়েংদুনা লৈবা তাররা, ইবুংঙো ?

টিকেন্দ্রজিৎ – ঙাইবিখোদা ইপু। মনানা হৈমাং শাঙম্বা, লৈশি লৈথোম্বা পামজবা, তাইবং মীগী মপোকনি হায়বসি, রাখল মুন্না তৌবিখোদা। উজাও অদুগী মখাদা, প্রজানা অরা-অনা নংবদু, ইশু-ইপু ঐখোইগী ইমিৎমক্রা য়েংথোক্লগা তান্নবা য়াবা রাফম তান্নসি, হায়নবা য়াবা রাফম হায়নসি। (মতম অসিদা বেংগুল খোংলকপা) করিগী বেংগুলনো, ইপু

থাঙ্গাল – করিগী ওইগদগে, ইবুংঙো ? ননাও ইবুংঙো পাকাম্না চৌবোর থোনবগী, বেংগুলনা থৌগন তৌরিবনি।

টিকেন্দ্রজিৎ – অদুবু অচুম্বরনে, ইপু ?

থাঙ্গাল – অচুম্বনি ইবুংঙো, নিংথৌনা চানবা মনাওনিনা, মানা তৌনিংবতা তৌখ্রে। শা ভানবা চৎলবসু, বাঝাই বেংগুলনা মাংওইনৈ অদুগা চৌবোরদা শান্নরবসু বাঝাই বেংগুলনা থৌগন তৌই। নিংথৌনা চানবা মনাওনিনা কনানা রা ঙাংবা ঙমগনি।

টিকেন্দ্রজিৎ – (ঙহাক রাখল তৌরগা) মীনা পংহায় হায়জিনবরা হায়ববু, ঐগী ইনাও পাকাম্নানা অসি য়ৌনা হায়গৎখ্রবা ? (ঙহাক তুমিন লৈরুরগা) নিংথৌনা ফনা চানবা মনাও ওইদুনসু, টিকেন্দ্রজিৎ হিংলিঙৈদদি, প্রজাবু ওৎ-নৈবদি, কৈদৌঙৈদসু য়ারোই।

থাঙ্গাল — মানি ইবুংঙো, সেনাপতি খোইনা ব্লারকপদি, ননাওনিনা করিসু লৈতে। মরম অদুনা স্নাবুদ্ধি অমুক্তং ......।

টিকেন্দ্রজিৎ — ইপু, ঐহাক হৌজিকমক চৎতুনা ইপুনা তাকপিখিবদু অচুম্বরা হায়না, ইমিং মক্না য়েংগনি। চুম্নম্বা থোক্লবদি, থিনদনা নিংথৌগী চরন খুরুমগনি। লেংলসি ইপু। (থুনা থোকখিবা, থাঙ্গাল ইন্নখিবা)।

**শিন থাদবা।**

# ১বা অঙ্ক।

## ২শুবা দৃশ্য।

## লম্বি।

(জিলাংম্বগী মনাই অমগা পাকাম্নাগী মনাই অমগা খংনা খংননা চংলকপা)।

জি: মনাই – কান্নদবা য়ানিদা, তাদা। নখোইগী স্নাখ্বা পাকাম্না পুকচেল য়াম্না ফজদে। ফর-ফংত্রবসু মচিন-মনাও মশেলনি, করিসু লৈত্রবা শাদানবদা বেংগুল খোংববু, সনা লমজাওদা হেক মথিংবা, য়াম্না ফজদে। ঐখোইগী স্নাখ্বা জিলাংম্বনা পুকচেল ফজমনবগী তৌবা নত্রদো ? সিয়া, মতম অদুদা স্নাখ্বাগী স্না ইঙ্গিৎ খজিক্তংককা ফংলম্বা থোক্লকবদি, কুম্মৈ য়াম্না নুংঙাইরমগদবনি।

পা: মনাই – কুম্মৈ হায়বদি ?

জি: মনাই – কুম্মৈ হাযববু করি ওইগদগে ? নিপামচা থৌদাং হেক্তা ....।

পা: মনাই – স্নাখ্বা জিলাংম্বগী মনাইনদি নিপামচাগী মথৌনা উৎলগা, শগোন হনজবগী মনাইনদি করিদা য়াৎকনি ? কায়দেদা ইবো; লৈতোন্দা শরু পান্দে মতাগুম, পংঙাং ঙাংগনু তানিংদে। নংনা অপাম্বা অমা হেক্তা মহায়ু।

জি: মনাই – হেরা তাদা, য়া পংহেন হেনজনবা য়ারোইদা নহানদসু পাঙ্গল থোকপা যাদদুনা তুমিন্না য়েংদুনা লৈহৌবনি। ঙসিদি অহননি ককা হায়দুনা, য়েংলাকনি, খল্লুগনু।

পা: মনাই – ইয়া, নংনা করি তৌগে হায়রিবা ?

জি: মনাই – করি তৌবা খংদে। তাদানা অপাম্বা অমা খনবা য়াগনি।

পা: মনাই – সেরা, পাকাম্না শগোল হনজবগী মনাইদবু অদু য়ৌখ্রবা ? পোইরৈ মৈতৈ লৈময়োন্দা, মনিং মখা তম্না, হাইনা হুম্না পাম্বা, পাকাম্না শগোল হনজবনি হায়বা কাওবোইনা, ইবো ?

জি: মনাই – কান্নদেদা তাদা, পাকাম্নাগী মনাইনা হরানবা, তাকুগী মরমদদি হেনখিবা য়াই। অদু নৎতবা মরম অতৈদদি, জিলাঙম্বাগী মনাইদা ককা মনাক-নকপা য়াগনি, খল্লুগনু।

পা: মনাই – ইয়া নহাসিদি ? মসিদা হেক লোইথোক্লগা লোইরেদা। (মফী শেন্বা)।

জি: মনাই – অহন নংবু, নহা ঐনদি কীগাদ্রাদো ? (মফী শেন্বা, মতম অসিদা টিকেন্দ্রজিৎকা থাঙ্গালগা চংলকপা)।

টিকেন্দ্রজিৎ – হায়, করিগী খৎনগে তৌরি ? (অনি কীদুনা তুমিন তুমিন লৈবা) মনাই নখোইগী হাক্তকতগী ইনাওশিং অসি করি অমত্তা নুংশিনদ্রবনি। চৎপ্রো চৎলো, করিগী লেপ্তুনা লৈরি ? (অনি অতোপ অতোপ্পা মাইকৈদা থোক্লখিবা)। ইপু, তৌনরিবা অসি উবিরেদনা ? মনাই ফৎতবদগী ইনাওশিং অসি, করি অমত্তা নুংশিনবা য়াররোইদবনি।

থাঙ্গাল – ইবুংঙো সেনাপতি, মরম অসি উজদুনা, ননাই নপুনা হায়জরিবা অসিনি– মৈতৈ ম্না লৈপাক্তা করিগুম্বা লাঞ্জাও অমত্তং থোকপদি, শোইদ্রবনি, সেনাপতি।

টিকেন্দ্রজিৎ – ইপু, ইপুনা লানগী বাদা হেক্তা মহায়। লানবু পংথেং থেংনবা য়াব্রা ? লৈপাক নিংথৌ পাললি, টিকেন্দ্রজিৎ ঐহাক হিংলি, লৈপাক পংলাং লাংবা য়ারোইদা, ইপু।

থাঙ্গাল – ইবুংঙো, ননাই নপুনা ম্নাচরন্দা পংহনসু হংগৎনিংদ্রে, হৌজিক ম্নামিয়েং তাবিরগা লোইনা খংবি, উবিগনি। ননাও ইবুংঙো পাকাম্নাগী শংগাই উবদা, ননাই ঐখোইদি, ম্নাকোনুংদি লৈবু লৈত্রবোই খল্লে।

টিকেন্দ্রজিৎ – ইপু, ইপুখোইনা লাম্না লৌরবননি, ঐগী ইনাও পাকাম্নাদো অকে-অমৌ য়াম্না পামজবনি, অদুক হাক্লা চাওথোকচনিংবগী ওইরমলোইদা।

থাঙ্গাল – (মোমোন নোক্লগা) লেংবিয়ু লেংবিয়ু ইবুংঙো, ননাই নপু থৌগন তৌজগে। (টিকেন্দ্রজিৎনা মাং থারগা থাঙ্গাল থোকখিবা)।

**শিন থাদবা।**

# ১বা অঙ্ক।

## ৩ শুবা দৃশ্য।

## মাংগোল।

(চৌবোর লায়ুম্না চিংবা থাদুনা লৈবা; মনাই মশলনা ইকোই কোইরগা পাকাম্না চৌবোর থোন্দুনা লৈবা, মৈ হেক ঙানবগা, পাকাম্না নোক্কুনা লৈরম্বা, বাঝাই বেংগুল খোংবা)।

পাকাম্না – (নোক্কুনা) ইবো, চৌবোর অসিদি ইপা লৈতবনিনে ? (মতম অসিদা মনাই চংলক্লগা খুরুম্বা)।

মনাই – (খুরুম্লগা) আজ্ঞা !

পাকাম্না – ইবো, নূংশুক নুংজাননা উববু করি তৌরে ?

মনাই – আজ্ঞা, ঙসিদি ননাইগী পুকনিং অসি নুংশিখ্রেদা।

পাকাম্না – করি তৌরবগে, থুনা হায়য়ু। মণিপুর স্না লৈপাক্তা হাইনা হুম্না পাললিবা, পাকাম্না শগোল হনজবা ঐহাক্কী ইনাইবু কন্নানা লাকচবগে ?

মনাই – আজ্ঞা, স্নাখ্বা জিলাঙম্বগী মনাইনা নহান শাদানবগী ৱা পুথোক্কুনা, ননাই ঐহাকপু স্না লমজাওদা ফুগে-য়েগে তৌবদা, ননাইগী থৱাই অসি পুবা য়াখিদ্রে, আজ্ঞা।

পাকাম্না – (শাওনা) করি ? চৎখ্রো চৎলো, নৱা তানিংদে। অদুগুম্না ৱাফমবু করিগী ঐবু তাহল্লি ? নথিবোংদা মচাবা, নমাই অদু পান্দ্রা ? নংনা পাকাম্না ঐহাক্কী অশেংবা ইনাই ওইরবদি মঙক থদৎলমলে পাওদমম্মোদনা। সেরা, অদুদি নৎতনা, মীনা লাকচখরে পাওদম্বা, নৱা তানিংদে, চৎখ্রো চৎলো।

মনাই – আজ্ঞা, স্না পুকনিং তপথবিখো। ননাইবু অদুক পাংদনা লৌবিগনু। নিপা অদু মঙক থৎলগা অসাইনা স্নাচরন্দা কৎলগদবনি। অদুবু নয়াম্বুং ইবুংঙো টিকেন্দ্রজিৎ, মনাও ইবুংঙো জিলাঙম্বগী মনাইগী মীচং চংখিবনা, উপায় লৈতদুনা ননাই ঐহাক কপনা কপনা হনজরকলিবা অসিনি।

পাকাম্না — (শাওনা) য়াম্বুং টিকেন্দ্রজিৎনা মীচং চংবা ?

মনাই অমা — (মপানলোমদা য়েংলগা) আজ্ঞা, হায়নরিবা মক্তদা, নয়াম্বুং ইবুংঙো টিকেন্দ্রজিৎ, ম্না শংগাই তম্না লেংলক্লে।

পাকাম্না — (হায়ফেৎ য়েংলগা) বাঝাই বেংগুল খোংগৎলো, চৌবোর হৌরসি। (বাঝাই বেংগুল খোংবা, পাকাম্না ফমথদুনা শরু লংবা) পো বারো।

মনাই — (হরাওনা) থোক্লে আজ্ঞা। (ময়াম নোকপা, টিকেন্দ্রজিৎ থাঙ্গল চংলক্লগা মুন্না য়েংদুনা লৈবা, চৌবোর শান্নরিবা মনাইনা শরু পাইরগা কীনা লৈবা, বাঝাই লেপখিবা)।

পাকাম্না — করি তৌরি ? চৌবোর হল্লু।

টিকেন্দ্রজিৎ — ইবুংঙো !

পাকাম্না — (খুরুম্লগা) হায় খুদা থিললে ? (মনাই অমনা খুদা থানবা থৌরাংবা অমসুং থাবা) করম্বা ম্নায়াথং ...... ?

টিকেন্দ্রজিৎ — ইবুংঙো, ঙহাক নুংঙাইনবা শান্নরবসু, কা হেন্না পংশান শান্নবদি, ইয়াম্বা কয়া পামদে। চৌবোর শান্নবনা মাংবা, ইনাওনা হেন্না খংলিবনি। মহারাজ যুধিষ্টির করি থোকখি ? নল দময়ন্তী করি ওইখি ? শান্নগনু হায়বা নত্তে, কা হেন্না লৈপাক লাংনা শান্নবসি, ইয়াম্বা কয়া পামদে, ইবুংঙো।

পাকাম্না — আজ্ঞা, ননাইশিংনা ম্নাচরন্দা পংহন হংগৎপা লৌবিগনু। ননাই ঐদি কা হেন্না শান্নজদেনা লৈপাক্লা পাকাম্না ঐনা তৌবা থবক্তা খরা মিয়েং চংনিংঙি। অদুনা ম্নাচরন্দা পংতম তমশিনবনি, লৌবিগনু আজ্ঞা।

টিকেন্দ্রজিৎ — (মোমোন নোক্নুনা) ইনাওগী পুকচেলদি, ইয়াম্বনা হেন্না খংলিবনি, (মনাইদা য়েংলগা) মখোইশিং অসিনা ইনাওবু মাংহনলবনি। হায় ইনাওগী মনাইশা, নবুংঙোনা ফনমক চৌবোর শায়নিংলবসু, অসুম তৌদুনা নবুংঙোগী থৌগন তৌবা

হৌনব্রা ? অসুম তৌদুনা মতুংদা অমুক ইনাওবু মাংহনগে লাকনরবদি, টিকেন্দ্রজিৎ ঐহাকপু ফংতে হায়গনু। ইপু, চৎনবা তৌরসি।

থাঙ্গাল – লেংঙসি, ইবুংঙো।

টিকেন্দ্রজিৎ – অদুদি ইবুংঙো, ইয়াম্বা চৎলে। (পাকাম্না খুরুম্বা, অনি থোকখিবা, পাকাম্নানা ঙহাক য়েংলুরগা)।

পাকাম্না – (শাওনা) সেরা, পাকাম্না ঐনা তৌবা থবক্তা অসুক য়াম্না য়েংশিনলিবা অসিবু, করিগীদমক্তনো ? ইয়াম্বনা নিংথৌ ওইরিবা, মণিপুর ম্না লৈপাক্তা ইনিং ইখা তম্লিবা পাকাম্নানি হায়বসি খংনদ্রবোইয়ে ? (মনাইশিংদা) হায় করিগীদমক্তা তুমিন লৈরি ? হন্দকতি ঐনা অহনবা খুদিংগী বেংগুল খোংগদবনি।

মনাই – আজ্ঞা, নয়াম্বুং ইবুংঙোগী ম্নামিয়েং অদুবু, মিয়েং অমা ওইনা তৌইদা আজ্ঞা।

পাকাম্না – করি ? য়াম্বুংনি হায়বগী তুমিন্না লৈহৌবনি। অমুক্তগা হায়রখিসনু, পাকাম্নাগী ইতিং খংলোইদ্রদো। (ফমথাদুনা শরু লংবা) শৌগ্রি। (বেংগুল খোংবা ময়াম নোকপা)।

**শিন থাদবা।**

# ১বা অঙ্ক।

## ৪ শুবা দৃশ্য।

## লম্বি।

(মাইকৈ অমদগী থাঙ্গাল চংলকপা অতোপ্পা মাইকৈদগী কুলচন্দ্র চংলকপা)।

থাঙ্গাল — ইবুংঙো যুবরাজ, কদায়দা লেংবিরুরিবা ?

কুলচন্দ্র — ইপু মেঞ্জর. ঐহাক কোনুং কারুই ইপুদি কদায়দা .... ?

থাঙ্গাল — ইবুংঙো, ইপুদি শনজেনথোংদা কুম্মৈ য়েংবা চৎলুই।

কুলচন্দ্র — শনজেনথোংদা করি কুম্মৈ তৌদুনা ?

থাঙ্গাল — ইবুংঙো, করি কুম্মৈবু ওইগদগে ? ননাও ইবুংঙো পাকাম্নানা বাঝাইনে বেংগুলনে, চৌবোর থোনবগী কুম্মৈ ......।

কুলচন্দ্র — চৌবোর শান্নবদবু বাঝাই বেংগুল .... ?

থাঙ্গাল — ইবুংঙো, অসিগুম্বা কুম্মৈ অসিদি উম্ননলদুনা, ননাই নপু ঐখোইদি করিসু য়েংজনিংবা নত্তে। অদুবু ননাও ইবুংঙো সেনাপতিনা য়েংঙুসি হায়বদগী. ননাই নপুনা ননাও ইবুংঙোগী থৌগল তৌজরুবনি।

কুলচন্দ্র — (ঙহাক তুম্মিন লৈরুরগা) অদুগুম্বা কুম্মৈ অদুবু, ঐহাক্কী ইনাও সেনাপতিনা য়েংনিংঙুরিবদি, করিগীদমক্তনো, ইপু ?

থাঙ্গাল — ইবুংঙো, মরম অদু ননাই ইপুনা হায়বা ঙমজদ্রে অদুম্নদি ওইরগা ঙসি কুম্মৈ অদু য়েংলুবদা ননাও ইবুংঙো টিকেন্দ্রজিৎকী মাইথোং লাংশিনখিবদু উরুরগা, হৌজিক লৈপাক্লা কানা-কানি ঙাংনরিবসি, অরানবনি হায়না ইপুনা লৌবা ঙম্লোই, যুবরাজ।

কুলচন্দ্র — লৈপাক্লা করি ঙাংনরিবা, ইপু ?

থাঙ্গাল — ইবুংঙো, লৈপাক্লা অসুম কানা-কানি ঙাংনববু, ননাও ইবুংঙোশিংনা, নয়াম্বুং মহারাজগী মথক্তা লান-হৌনবগীদমক লান-চাক ...........।

কুলচন্দ্র — নত্তে নত্তে ইপু, পুন্নমক মিনম্বনি, তোকঙানি। য়াম্বুং ইবুংঙোগী মথক্তা, মনাওশিংনা মতৌ করম্না খুলাই পাইবা ঙমগদগেনে, ইপু ?

থাঙ্গাল — ইবুংঙো, ইপুখোই মতম কুইনা পুন্সিরকলবনি, নুংশিৎ শিৎতনা উনা লেংবসি, করিগুম্বা মতমদা থেংনরকত্রি। অদুগা পাকাম্না শগোল হনজবগী হাকতকতগী, অঙৌম্নানা চিংবা ননাও ইবুংঙোশিংগী মপুকনিং কয়া নুংঙাইতে হায়বসিদি, ইবুংঙো যুবরাজনা থুপপিরবসু, ইপুখোই খংদা-উদবা নত্তে।

কুলচন্দ্র — ইপু, লান-চাক খাংদে হায়জবতনি। অদুগা ইপুনা তাকপিরিবা ৱাফম অদুমদি অচুম্বনি। পাকাম্নাগী হাকতকতগী ঐগী ইনাওশিংগী মপুক্লিং কয়া নুংঙাইতে। চুম্না মপুকনিং নুংঙাইতবদা নৎতনা, নৎতা নৎতবা খলহৈদবা ৱাখল ফাওবা ..... । অদুবু ইপু চিংনবিগনু। নশু ঐহাক হিংলিঙৈদদি ইনাওশিংনা য়াম্বুং ইবুংঙোগী মথক্তা লান হৌবা, ওইথোক্তবা থবকনি।

থাঙ্গাল — ইবুংঙো যুবরাজনা ননাও ইবুংঙোশিংবু খামজিনবিরিবদু, য়াম্না ফজবা অমনি। অদুগা ননাও ইবুংঙোশিংনা লান হৌগনি হায়না লাংলিবা অদুসু, ইপুনা থাগৎতবা ঙমদে।

কুলচন্দ্র — (ঙক্লা) হায়বদি ?

থাঙ্গাল — হায়বদি থৌনা ফবা, ফুনা চৈনবা অমদি হাৎনা-শুনবা হায়বসি, ক্ষেত্রিমচাশিংগী লূ-তোংদা পকখ্রবা, কাইনবা য়াদ্রবা শিনফম অমনি। অদুগা রাজ-শিংহাসন মুন্নবগীদমক, মপা-মচা, মচিন-মনাও হাৎনা-শুনবা হায়বা অসিসু, পৃথিবীগী ইতিহাসকী লমাই খুদিংদা ময়েক লানা ইদুনা লৈখ্রবনি।

কুলচন্দ্র — নত্তে নত্তে ইপু, ৱাখল অদু লাললে। ইতিহাসকী লামাই খুদিংদা ইদুনা লৈ হায়দুনসু, অদুগুম্বা ফৎতবা সাজৎ অদুবু, চৎনবী অমগুম্না খনবদি, ঐহাক কয়া পামজদে ; করিসু লৈত্রবা রাজ-শিংহাসনগীদমক, ইচিন-ইনাও মশেল হাৎনা-শুনবা হায়বা অসিসু, অচুম্বা থবকলনে, ইপু ?

থাঙ্গাল — ইবুংঙো, নিংথৌ মচাগী মফমদা রাজ-সিংহাসন, করিসু লৈতবনি হায়বসিদি, শলনা উরোকথোং লাললি হায়বগুম্বনি। হা হা হা। অসিগুম্বা ৱাফম অসি ফনা য়াম্না পুকচেল তিংনা হায়রবসু, ইপুনা কৈদৌঙেদসু থাজগদবা লৈতে, মথুরাগী নিংথৌ, মহারাজ কংসনা, করিগীদমক্তা অপোকপা মপাবু কৈশুমশংদা থমখি ? করি মরমগীদমক অকীবা ফংলবা মহাভারতকী লানফমদা, মচিন-মনাও চামা-মঙা য়ান্নখি ? পুম্নমক অদু রাজ-সিংহাসনগীদমক্তা নৎত্রনে, যুবরাজ ? মরম অসি খল্লুরবদি, ননাও ইবুংঙোশিংনা লান হৌগনি হায়রিবদু, ক্ষেত্রিমচা অশেংবনি খনজদুনা, ইপুদি য়াম্না কন্না থাগৎনিংই।

কুলচন্দ্র — নত্তে নত্তে ইপু, ইপুগী অদুগুম্বা ৱাঙাং অদু, মপুকনিং নুংঙাইতনা লৈরবা ইনাওশিংবু তাহনবিবা য়াদে। ক্ষেত্রিমচাগী মফমদা ফনা ফজবা শাজৎ ওইদুনসু, অদুমগুম্বা থৌদোক অদু, ঐখোইগী হাক্তক অসিদা থোকহনবা, নশুনা কয়া পামজদে ইপু। (ঙহাক তুমিন লৈরুরগা) ইপু, ইপুদি ফনা অহল ওইরবনি। অদুবু ঙসি ফাওবা হাৎনা-শুনবা অমদি লানগী ৱাখলতা খন্দুনা লৈবা অসিবু করম তৌসিগে ? শ্রীকৃষ্ণনা মহাভারত লানজাওগী বীর রস চুপখিবগুম, ইচিন-ইনাও মশেল হাৎনা-শুনবগী বীর রস চুপকে হায়না খনবিরগনু, ইপু। অহল অমা ওইনা অমবুসু অমবুসু খামজিনবিবা মতম ওইরেদা, ইপু।

থাঙ্গাল — ইবুংঙো যুবরাজ, ইপুনা মতৌ করম্না লান থেংনহনবা ঙমগদগে ? অদুগুম্বা শক্তিবু লৈরবদি, ইপু নিতিগী লানগী কুম্মে য়েংগনিনা। ইবুংঙো, লান হায়বদু, ইপুখোইদি থেংনরকলেদা, উরকলেদা। অদুবু ঙসি ফাওবদি অদুগুম্বা কুম্মে অদু য়েংবগী পেনবা লৈত্রি।

কুলচন্দ্র — অদুগুম্বা কুম্মে অদু য়েংবিবগী মহৎতা, করিগুম্বা ইপুনা শিখি নাখিবা ময়াম অদুগী মরক্তা য়াওরম্বা থোক্রবদি .... ?

থাঙ্গাল — অদু ওইরবসু শোইদনা নুংঙাইগনি। ঐনসু ঙম্বমখে য়েনদেম শোইবগুম শোইরম্বা, অদুগা ইপুবুসু অঙম্বা মীনা কোক য়ানথুখিবা তারবসু, লানবু থেংনগনি হায়রবদি, ইপু শোইদনা নুংঙাইগনি।

করিগী নুংঙাইরোই ? হাৎনা শুনবদগী হেন্না ফজবা, ক্ষেত্রিমচাগী করম্বা লৈতেং অমা লৈরিবগে ? ক্ষেত্রিগী মগুণ উৎতুনা, লানফমদা মায় ওনবা লৈতনা, থবাই থাদোকপা ফংজবদি কয়াগী মতিক লাইবক ফবনোনে, যুবরাজ ? লানফমদা সনাতোন ধর্ম্ম তান্দুনা, মথবাই থাদোকখিবা, অথৌবা ক্ষেত্রি কনাবু, জগৎনা থাগৎতবা ঙম্বগে ? কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা পাণ্ডোব ভীমগী মচা ঘটোৎকচ্চনা, কৌরবকী তেঙ্গোল তাক্তক্ হাৎলম্লগা, কর্ণগী একাঘ্নিগী তাজিন্দা মায় ওনবা লৈতনা, নোক্লা নোক্লা মথবাই থাখিবগী বারি অদু, নুমিৎ থানা পাল্লিবমখৈদি, নপু ঐগী থম্মোইদগী মুৎকদবা লৈত্রবনিনে, যুবরাজ।

কুলচন্দ্র – ইপুগী পুকচেল নশু খংজরে। শিদ্রিবা ফাওবদি হাৎনা-শুনবা পামজরবা ইপুগী পুকচেল অদু কৈদৌঙৈদসু হোংগদবা লৈত্রে।

থাঙ্গাল – অচুম্বনি ইবুংঙো, লান হায়বসি ইপুদি পামজখ্রেদা। যুবরাজ, ইবুংঙোখোইনা ইপুবু নুংশিবিরবদি, হয়েং ইপুগী শোরাৎতা ফাওবা, পংচাও চাওনা লাংবিদ্রবসু, পিক্তক লাংতকপা লান মচা অমত্তং ....। হা হা হা। যুবরাজ ইবুংঙোবু ঙহাক পলহল্লে হায়দুনা বারৌবিগনু ইপু চৎচরে। (থাঙ্গাল নোকমি নোকমি তৌদুনা থোকখিবা, যুবরাজনা ঙক্লা য়েংদুনা লৈহৌবা)।

শিন থাদবা।

## ১বা অঙ্ক।

## ৫ শুবা দৃশ্য।

## শংগাই মাঙ্গোল। (অহিং)

(মহারাজ সুরচন্দ্র খুদোং ফান্দুনা লৈবা, নাক য়েৎ অনিদা থাং-তা পাইবা থৌগন মনাই খরা ফমদুনা লৈবা, মৈ হেক ঙানবগা লৈহাও মহারানী ইমুংদগী থোরকপা)।

প্রেমময়ী — আজ্ঞা, মচাচরন্দা ম্না অমত্তা .........।

সুরচন্দ্র — হায়য়ু, করি ম্নানো ? (প্রেমময়ীনা থৌগনশিংদা য়েংবা) নখোই পোত্থাজকরো। (থৌগনশিং খুরুমলগা থোকখিবা)।

প্রেমময়ী — আজ্ঞা, ননাই ঐগী ইনাও, সেনাপতি ওংবীনা, ঙসি ননাই ঐঙোন্দা পাও অমা পিরবদা, ননাও ইবেম্মশিং কনাসু তপথনা লৈবা ঙমদ্রে। মরম অদুনা পাও অদু মচাচরন্দা হংগৎচগে হায়না .....।

সুরচন্দ্র — করি পাওনো, তম্মু তাসি, মহারানী।

প্রেমময়ী — আজ্ঞা, ননাও ইবুংঙো সেনাপতিখোইনা লান-চাক থাংদুনা, লান হৌনবগী শেম-শাবা লোইখ্রে হায়না ননাই ইনাওনা য়াম্না শেংনা .....।

সুরচন্দ্র — মহারানী, অদুগুম্বা পাও অদু ঐগী নাকোং য়ৌরে। অদুবু ম্নাফম অদু ঐনা কৈদৌঙৈদসু থাজবা ঙমদে। ঐগী ইনাওশিংনবু মত্তৌ করম্না ময়াম্বা ঐগী ইথক্তা, খুৎলাই পাইগদগে ? চৎলো, চৎলো মহারানী করিসু লৈত্রবা তোকঙা অদুগীদমক, নখোই করি অমত্তা চিংনবা তৌগনু।

প্রেমময়ী — অদুদা আজ্ঞা, ননাই ইনাও অদুনদি ম্নাশক্তুনা য়াম্না শেংনা ...।

সুরচন্দ্র — নখোই নুপীগী হৌনবী ম্না শাংথরকপা শোইদ্রবনি। ফরে, ম্না য়াম্না ঙাংনদুনা কায়দে। নখোইনা য়াম্না চিংনরগা, হৌজিকমক মী

থাদুনা, ননাও যুবরাজবু, ঐনা লাও হায়না কৌহনখো। মাগী মচিন্দগী অরেপ্পা ব্রা অমা তাগ্রিবর্মখেদি, নখোই তপথবা ঙম্লরোই। চৎলো চৎলো, মী থানবা থৌরাং তৌরুরো। (মহারানী ইমুং চংখিবা, নিংথৌনা মানা চংখিবা মাইকৈদা য়েংলুবদগী লৈথোকরকপদা, থাঙ্গাল লাকপা উদুনা) ইপু মেঞ্জর, চংবিরকউ। (থাঙ্গাল চংলক্লগা খুরুম্বা) ইপু লাকপিবা য়াম্না নুংঙাইরে। ঐহাক ইপুদা ব্রা খরদং .....

থাঙ্গাল — (ফমথদুনা) ম্নায়াথং তাকপিয়ু, আজ্ঞা।

সুরচন্দ্র — ইপু, ঐগী ইনাওশিংনা ঐগী ইথক্তা লান হৌনবগীদমক, লানচাক খাংখ্রে হায়নরিবা অসিবু ইপু থাজবিব্রা ?

থাঙ্গাল — আজ্ঞা, পাও অসি ননাই ইপুদি থাজদবা ঙমদে।

সুরচন্দ্র — ইপুখোইসু ব্রাফম অসিবু অচুম্বনি হায়না লৌবিরব্রা ? অদুবু ইপু, ইপুখোইনা অচুম্বনি হায়না লৌবিরবসু, ব্রাফম অসি নশুনদি কৈদৌঙেদসু থাজবা ঙম্লোই। ময়াম্বা ঐগী ইথক্তা ইনাওশিংনা খুলাই পাইগনি হায়বসি, ওইথোক্তবা থবকনি, ইপু।

থাঙ্গাল — শ্রীযুৎ ইবুংঙোনা ব্রাফম অসি থাজবিদ্রবসু, মনুংদা করম্বা অরোনবা পাওবু ফংবনো খংদে, ননাও ইবুংঙো শগোল হনজবখোইদি, লানগীদমক্তা শেম-শাবা লোইখ্রে, আজ্ঞা।

সুরচন্দ্র — নত্তে নত্তে ইপু, নশুশিং অদুবু খামজিনবিয়ু। কোনুংদা অদুগুম্বা ইরাং তৌহনবিবা য়াদে। মখোইগী ইরাং অদু লৈপাকনা অমদি টিকেন্দ্রজিৎনচিংবা ইনাওশিংনা, উখ্রগা, তাখ্রগা, মপুকনিংদা চিংনবা পোকখিগনি। (ব্রাখল তৌনা তৌনা মপানলোমদা য়েংখিবদা; টিকেন্দ্রজিৎ লাকপা উদুনা) সেনাপতি, লাও চংলকউ। (টিকেন্দ্রজিৎ চংলক্লগা খুরুম্বা) ইনাওদি চুম্না কোনুং কারকপ্রা ? নত্রগা ইয়াম্বদা করি হায়নিংবা লৈদুনা ...... ।

টিকেন্দ্রজিৎ — আজ্ঞা, ম্না চরন্দা ব্রা অমত্তা ...... ।

সুরচন্দ্র — হায়য়ু, ইয়াম্বদা চিংনবা লৈতনা হায়য়ু।

টিকেন্দ্রজিৎ – আজ্ঞা, শনজেনথোং ময়াদা হৌরিবা, অচৌবা স্না খোংনাং পাম্বীগী মশা অমা হায়থরক্তুনা, স্না লমজাওদা লৈপাক প্রজা, চৎথোক, চৎশিন তৌবা য়াম্না খুদোং চাদ্রে। মরম অদুনা আজ্ঞা, উশা অদু থাননবগী স্নায়াথং, ননাই ঐঙোন্দা পিনবিয়ু হায়না নিজরি, আজ্ঞা। (সুরচন্দ্র রাখল তৌরগা মাই লুকথবা, থাঙ্গাল মোমোন তৌজবা) আজ্ঞা, ঙসি ফাওবদা স্না চরন্দা, করিগুম্বা ভিক্ষা অমত্তা নিজরকত্রিবা ননাইনি। মরম অদুনা স্নাবুদ্ধি মুম্না তৌবিরগা, ননাইগী হাপ্লবা ঝুলি অসি, তোংহনবিগনি হায়না নিংজৈ, আজ্ঞা।

সুরচন্দ্র – (ঙহাক খল্লগা) ইবুংঙো, নহাক ঐহাকপু পোক্লম্বা, পাবুং স্নাখ্বানা থারম্বা স্নাখোংনাং পাম্বী অদুগী মশাবু, ইয়াম্বনা মতৌ করম্না য়ানথোকউ হায়না য়াথং পিরসিগে ?

টিকেন্দ্রজিৎ – আজ্ঞা, পাবুং স্নাখ্বানা থারম্বা স্নাখোংনাং পাম্বী শোকহৈদে হায়দুনা, লৈপাক প্রজাগী অৱা-অনা পুম্বা অসুম তুমিন্না য়েংদুনা লৈরগদ্রা, আজ্ঞা ?

সুরচন্দ্র – সেনাপতি, করিগী য়েংদুনা লৈগদগে ? উশা অদু অমুক য়ানথোকউদ্রবসু, স্না লমজাওদা লৈপাক প্রজানা চৎথোক-চৎশিন নুংঙাইনবা, ইয়াম্বনা য়োৎঙ্লিং থাংদুনা চিংখৎনবা থৌরাং তৌগনি।

টিকেন্দ্রজিৎ – শ্রীযুৎনা থৱাইমকনি হায়না খনবিবা, স্না খোংনাং পাম্বীনি হায়বা, ননাই ঐখোই খংদবা নত্তে। অদুবু লৈপাক প্রজাগী অৱাবা মতৌ য়েংবা ঙমদদুনা, ৱাফম অসি, স্নাচরন্দা হংগৎচবনি। ননাইগী অয়োন-অরানবা খিবিক ঙাকপীয়ু, আজ্ঞা। ননাই ইহাক হনজরগে। (খুরুম্বা)

সুরচন্দ্র – ইবুংঙো, ইয়াম্বগী মিৎ-নাকোংদি নখোইনা ওইরিবনি। অসিগুম্বা ৱাফম অসিবু, নখোইনা হায়দ্রবদি, কনা লাক্তুনা হায়বিরগনি ? চৎলো, চৎলো। ইয়াম্বনা নখোই খ্বাইগী ননিং থুংনবা, শোইদনা শিনগনি। (টিকেন্দ্রজিৎ থোকখিবা, সুরচন্দ্রখোই য়েংদুনা লৈহৌবা)।

থাঙ্গাল – আজ্ঞা, ননাও ইবুংঙোগী ৱাঙাং খোনফম অদু তাবদা, ননাই ঐখোইনা তারিবা পাও অসিবু, লাললোইদা মালেনা, আজ্ঞা।

সুরচন্দ্র – ইপু, ঐখোইনা তারিবা পাও অসিগা, ইনাওনা হায়রমলিবা অদুগা করি মরী লৈনবগে ? ইনাও সেনাপতিনা হায়রম্বদি, মনাও পাকাম্না, শগোল হনজবনা লম খরা হেনবা অদুদা, মথৱাই নুংঙাইতদুনা অদুক হায়রম্বনি। ময়াম্বা ঐগী ইথক্তা লান হৌবগী ৱাফমদি, করি থোইদোকপা য়াওখিদেনা, ইপু।

থাঙ্গাল – আজ্ঞা, শ্রীযুৎকী ম্নামাংদা, শ্রীযুৎকা লানথেংনগনি হায়বা ঙম্বা মীশকপু, ঙসি ফাওবদা কনা মরু হুল্লবগে; আজ্ঞা ?

সুরচন্দ্র – ঐনা হায়বসি ইপুনা থাজবা হায়বা লৈখিদ্রে। ফরে, ৱাফম অসি ইশু-ইপু য়েৎনদুনা কান্নবা লৈতে। ঐহাক্না যুবরাজ কৌহনখ্রি। মহাক লাক্লগা, মহাক্কী মচিন্দগী অশেংবা খংগদবা, ঙহাক মঙাইরে। অদুগা ইপু, অসিমদি থাজবিয়ু, হন্দক্কী মফম অসিদা নশুনা খল্লিবা ৱাখল অসি, কৈদৌঙেদসু অরানবা ওইরোই। (মতম অসিদা যুবরাজ কুলচন্দ্র চংলকলগা খুরুম্বা)।

কুলচন্দ্র – আজ্ঞা, ননাইবু ম্নায়াথং কৌবিববু ....... ?

সুরচন্দ্র – যুবরাজ, নংগী নফমদা ইয়াম্বনা ৱা অমত্তং হংনিংদুনা ....।

কুলচন্দ্র – ম্নায়াথং তাকপিয়ু, আজ্ঞা।

সুরচন্দ্র – ইবুংঙো, লৈপাক্না অসুম কনা-কানি ঙাংনববু, টিকেন্দ্রজিৎনা চিংবা ইনাওশিংনা, ময়াম্বা ঐগী ইথক্তা লান হৌগদৌরে হায়নরিবা অসিবু ...... ?

কুলচন্দ্র – আজ্ঞা, অদুগুম্বা ওইদবা ৱাফম অদুবু, ম্না চরন্দা কনানা হংগৎলিবনো ? থাজবিগনু আজ্ঞা, ম্নানাকোংনা তাবিরিবা পুম্বা মিনম্বা ঙাক্তনি।

সুরচন্দ্র – (নোকফেৎ তৌদুনা থাঙ্গালদা য়েংলগা) ইপু মেঞ্জর, হৌজিক্তি নশুনা হায়বা থাজবিরব্রা ? মনাওনবু ময়াম্বগী মথক্তা লান হৌবা হৌনব্রা ? ইপু, ঐগী ইনাও অসিদি মিনম্বা ঙাংবা হৈতবনি। মরম

অদুনা ৱাফম অসি মাগী মচিন্দগী অশেংবা খংগে হায়দুনা ঐনা ইনাওবু কৌবনি। হৌজিক্তি কনানা হায়বসু, ঐহাকনা লৌগদবা লৈত্রে। (ঙহাক তুমিন লৈরুরগা) ইপু, ইপুনা থেমদুনা, কোনুংদা ইরাং তৌরিবা কাংবুশিং অদো, লোয়না ময়ুম ময়ুমদা কুমহনবিস্লো। অদুগা ইপুসু য়ুমদা কুমলগা নুংঙাইনা পোত্থাবিরুরো।

থাঙ্গাল – অদুদা আজ্ঞা ......... ।

সুরচন্দ্র – ইপু, ৱা মখা তাবিরগনু। নশুনা নিংজবা কাইহনবা, কৈদৌঙৈদসু য়ারোই। হনবিরো ইপু। (থাঙ্গাল খুকম্লগা থৱাই নুংঙাইতনা থোকখিবা, মানা চংখিবা মাইকৈদা য়েংলুরগা) ইবুংঙো, লৈপাক্লা পংহায় হায়বা অদুদা, ইয়াম্বা মফম খংদদুনা লৈরম্লবনি। অদুবু হৌজিক্তি ইনাওগী ৱা তাবদা, ইয়াম্বগী পুকনিং অসি তপথবা ঙমলে।

কুলচন্দ্র – ম্না পুকনিং তপথবিয়ু, আজ্ঞা। ননাই ইনাওশিংনা কৈদৌঙৈদসু অদুগুম্বা শাজৎ চংলোই। (মহারানী থোরকপা)।

প্রেমময়ী – ইবুংঙো, লাকলিব্রা ?

কুলচন্দ্র – আজ্ঞা।

সুরচন্দ্র – মহারানী, নখোইগী পাও অদু মিনম্বনি হায়দুনা, ঐনা অসাইনা হায়দ্রা ? ফরে অদুমকপু, নখোইগী চিংনবদু মপুং ফানা কোকননবা, ননাও ইবুংঙোগী মচিনমক্তগী অশেংবা পাও তাজরো।

প্রেমময়ী – ইবুংঙো, ইতৈমখোইনা তারিবা পাও, ননাও ইবুংঙোশিংনা লান-চাক খাংব্রে হায়নরিবসিবু .... ?

কুলচন্দ্র – তোকঙানি আজ্ঞা। ঐগী ইনাওশিংনা লান হৌবা তারবদি, ননাই ঐসু তাফম থোকইনা, আজ্ঞা।

প্রেমময়ী – অদুদা ইবুংঙো য়ুবরাজবু তাহন্দনা, মনুংদা লোম্না শিনবা থৌরাং ওইরম্লবদি ........ ?

কুলচন্দ্র – আজ্ঞা, ফনা লোয়া থুপনা হোৎনরবসু, লান-চাক খাংবগী মনা-মনিন, ময়াম্বা ঐগী নাকোং যৌদবা য়ারোই, আজ্ঞা।

সুরচন্দ্র – ঐগী ইনাও যুবরাজনা হায়বা শোইবা হৌনদে। চৎলো চৎলো, নহাক থুনা চৎতুনা, নুপী নহা অতৈনা চিংনরিবদু কোকহল্লু। করি অমত্তা চিংনগনু, ইচিন-ইনাও মশেল লান তৌবা, ওইথোক্তবা থবক্লি।

কুলচন্দ্র – লেংশিনবিরো আজ্ঞা, স্না পুকনিংদা করি অমত্তা চিংনবিগনু। (মহারানী ইমুং চংখিবা)।

সুরচন্দ্র – ইবুংঙো, নহাক্কী বা তাবদা ইয়াম্বনা লানগীদমক চিংনরম্বদু কোকলবসু, ননাও পাকাম্নাগী হাক্তক্তগী ননাওশিংগী মপুকনিং কয়া নুংঙাইতে হায়বা অসিদি ইয়াম্বা য়াম্না মুন্না খংই। মরম অদুনা অমসু অমসু ফননবা, নিংথৌ খুবম অসি, ইনাওনা অমুক .......।

কুলচন্দ্র – অদুগুম্বা স্নায়াথং তাকপিগনু, আজ্ঞা। য়াম্বুং ইবুংঙোনা নোংগাদ্রিঙৈদা করি ইতিক লৈদুনা, ননাইনা নিংথৌ ওইগদগে ?

সুরচন্দ্র – ইবুংঙো, বাফম অসি, ইচিন থোক্লা ঙসিদা ফোংদোক্লবসু, ইয়াম্বনা বাখল অসি খল্লকপা মতম য়াম্না কুইরবনি। হন্দক্কী পাবুং স্নাখাগী কীর্ত্তন অসি লোইরম্লগা, নখোই কনানসু থিংবা য়ারোই, ইয়াম্বা তীর্থ চৎলগদবনি।

কুলচন্দ্র – নত্তে নত্তে আজ্ঞা, অদুগুম্বা স্নাপুকনিং ......।

সুরচন্দ্র – যুবরাজ, বাখল অসি খনবগী মতম চপ চারবনি। পাবুং স্নাখানা নোংগারমদাইদা, ইচিন-ইনাও ঐখোই নিংথৌ অমুক অমুক ওইনগদবনি হায়রম্বদু, ইনাওদি কাওরব্রা ? ইনাও খোইনা কাওরবসু, ইয়াম্বদি নিংথৌগী রাজ ভূগনা ফনা নুংঙাইদুনসু, শ্রীযুৎকী য়াথং অদু মিকুপ অমা ফাওবা কাওবা লৈতে। অদুনা ইবুংঙো, ইয়াম্বনা অহলনিনা নিংথৌ হান্না ওইরে। হৌজিক্তি ইনাওগী হক থোক্লে। হন্দক্কী কীর্ত্তন অসি হেক লোইবগা, ইয়াম্বা তীর্থ চৎঅগে, ইনাওনা নিংথৌ ওইদুনা লৈপাক অসি ঙাকহৌরো।

কুলচন্দ্র – আজ্ঞা, ননাইগী হক থোক্লবসু, নিংথৌ খুবম অদু, স্নাচরন্দা ননাইনা অমুক হন্না কৎথোকচরবনি, আজ্ঞা।

সুরচন্দ্র – (ঙহাক ৱাখল তৌরুরগা) ফরে, মরম অসি হৌজিক ইচিন-ইনাও য়েৎনদুনা কান্নবা লৈতে। পাবুং স্নাশ্বাগী কীর্ত্তন লোইরগা, অমবু ওইরবসু, অমবু ওইরবসু, ইচিন-ইনাও ঐখোই তান্নদুনা তৌসি। চৎলো, চৎলো, মতম অসি থেংগ্রে, পোত্থাকরো। (কুলচন্দ্র খুরুম্নগা থোকখিবা, সুরচন্দ্র মনাওনা চৎখিবা মাইকৈদা য়েংলগা, স্বগত:) ঐগী ইনাও অসি ওদ্মোক্লা কাইখিদরেদা; পোকমিন্নবা পোকমিন্নদবা মহাক্লা করিসু খনবা লৈতে। মহাকপু ইনাও ওইনা ফংজবা ঐহাক অসি কয়াদা লাইবক ফবা। (মতম অসিদা মহারানী ইমুংদগী থোরকপা)।

প্রেমময়ী – লুক হানবা থৌরাং লোইরে, আজ্ঞা।

সুরচন্দ্র – ফরে চারসি। (লেংখৎপা মতম অসিদা পাকাস্না চংলক্লগা খুরুম্বা)

পাকাস্না – আজ্ঞা, স্নাচরন্দা করিগুম্বা অমত্তা .....।

সুরচন্দ্র – করিনো হায়য়ুদনা।

পাকাস্না – আজ্ঞা, য়াম্বুং টিকেন্দ্রজিৎ খোই লানগী থৌরাং পুংলোই লোইগ্রে। ননাই ঐহাকসু স্না কোনুং ঙাকনবা থৌরাং লোইজরে, আজ্ঞা।

সুরচন্দ্র – করি ? কনাগী লান ? ঐগী ইনাও কুলচন্দ্রনবু ময়াম্বা ঐগী ইথক্তা খুৎলাই পাইবা হৌনব্রা ? চৎলো চৎলো, নখোই পুম্নমক্তগী, য়াম্না হেন্না থাজনা থম্বা নয়াম্বুং কুলচন্দ্র য়ৌরক্লম্নে। চিংনগনু, করি অমত্তা তৌরোই।

পাকাস্না – আজ্ঞা, থাজদবা তৌবিগনু। প্রজা তংখাই অমদি মখোইগী মী ওইগ্রে। ঙহাক্তং ককা লৈরবদি, নোংমৈ মখোন তারক্লগনি। থাজবা য়াবা মী খরনা পাও অসি চেপ্লক্লুনা তন্নরবনি। ননাই ঐখোইগীসু থৌরাং তৌনবা স্নায়াথং পিবিরো, আজ্ঞা।

সুরচন্দ্র – নত্তে নত্তে, ঐহাক করি অমত্তা তারোই। ঐগী ইনাও কুলচন্দ্রনা হায়রগা লোইরে। কুলচন্দ্রনা ময়াম্বা ঐগী ইথক্তা খুৎলাই পাইবা ?

হা হা হা। চৎলো চৎলো, কোনুংদা নিনখোংলগা অঙাংনুপী নুংশাথিখিনি। নয়ুমদা কুম্লগা নুংঙাইনা পোত্থারুরো। (পাকাম্না খুরুম্লগা চৎকে তৌবা) ঙাইখো, ইবুংঙো, নংনা বাঝাই বেংগুল খোংলগা, লৈপাক্তা ইরাং তৌদুনা চৌবোর শানৈ হায়বদি করিগীনো ? ইবুংঙো, নং ঐ পোকমিন্নবনি, নংনা অদুম ইরাং তৌরবদি, ময়াম্বা ঐনা য়াদুনা তৌহল্লিবনি হায়নরোইদ্রা ? মতুংদা অদুম খক তৌবা য়াদেকো। চৎলো চৎলো, পোত্থাজরুরো। (পাকাম্না থোকখিবা, সুরচন্দ্র য়েংদুনা লৈহৌবা)।

প্রেমময়ী – ম্নাখ্বা ইবুংঙো, ননাও ইবুংঙোগী পুকনিং অসি নুংঙাইতনা হনথ্রেদা।

সুরচন্দ্র – মহারানী, মঙোন্দা ৱারক্তনা কনাদা ৱারকউগদগে ? ননাও অসে লম খরা হেল্লে মাগী হাক্তক্তগী লৈপাক অসি লাংগব্রা হায়না নুংশা থিববনি। ফরে, অসি থন্নদুনা কান্নবা লৈতে, লাও চংলসি লাকও। (অনি ইমুং চংখিবা; ঙহাক লৈরগা নোংমৈ দং দং কাপলকপা, ফীংনা ইমুংদগী) করিগী নোংমৈনো মহারানী ?

প্রেমময়ী – (ইমুংদগী) আজ্ঞা। ননাই ঐহাক মপান থোক্তুনা য়েংজরুগে। (মপান্দা থোরক্তুনা কোয়েং য়েংবা, মতম অসিদা নোংমৈ তোইনা কাপ্পা, মখোন অদু তাবদা ফিংনা) ম্নাখ্বা ইবুংঙো ! (সুরচন্দ্র ফিংনা চেনথোকরকপা)।

সুরচন্দ্র – কবিগী নোংমৈ মালি, মহারানী ?

প্রেমময়ী – আজ্ঞা, ননাই ইবুংঙোশিংনা লান-চাক থাংখ্রে হায়নবদু, চুমগদা মাল্লে, আজ্ঞা।

সুরচন্দ্র – ইনাওশিংনা লান হৌরক্লবা ? ঐহাক্কী ইনাও কুলচন্দ্রনা ময়াম্বা ঐগী ইফমদা মীনম্বা ঙাংলবা ? (মতম অসিদা নোংমৈ তোইনা কাপ্পা মতম অসিদা মনাই খরা চংলকপা, সুরচন্দ্রনা লান তৌরোই হায়বা)

প্রেমময়ী – হৌজিক নুংনাংবা মতম নত্রে, আজ্ঞা। য়েক্লবগা মায়োক্লনবা শেম শাবিরো, আজ্ঞা।

সুরচন্দ্র — মহারানী, অসুম থোক্কনি হায়বা থাজদবদগী ইনাওশিং, ইপু মেঙ্গর অমদি খুৎলাই পাইবা লাম্নি অয়াম্বা, ময়ুম ময়ুমদা কুমহনগ্রে। হৌজিক ঐহাক ইথনতনা শেম শারগা, করিবু তৌগদগে, মহারানী ?

প্রেমময়ী — ননাও ইবুংঙোশিং অমদি ননাইশিং লৈতে হায়দুনা ম্নাপুকনিংদা চিংনবিগনু, আজ্ঞা। ননাই ঐখোইনা ম্নাথৌগন তৌজগনি। অকীবা ফংলবা লানফমদা, ভৈরবীগী রূপ লৌরগা, হরাওনা জগোই শাগনি। ক্ষেত্রানীগী শেংলবা ঈনা লৈতেংলবী, মৈতৈ চনুগী মথৌনা, ঙসি জগৎকী মীপুম খুদিংমক্না উহৌরসনু। (খুরুখুদক কুন্দুনা) ম্নায়াথং পিবিয়ু, আজ্ঞা, মৈতৈ চনুনা শাজবা তাঙোবকী জগোই, ঙসিদি ম্নামিং পেয়া য়েংবিয়ু। (নোংমৈগী মখোন) আজ্ঞা, য়েক্লবা য়ৌশিনলকপনা হাল্লগনি, অমুক পনবিরগনু। ম্নায়াথং থুনা তাওথবিরো, আজ্ঞা।

সুচরন্দ্র — মহারানী, অসিগুম্বা লানগী মতমদা, অকীবা তুজুংবা লৈতবা, মৈতৈ চনু নখোইগী পুকচেল অদুবু, ঐহাক্না থাগৎতবা ঙমদে। অদুবু মহারানী, শাগৈ-নাতৈ, ইচিন-ইনাও মশেল লান শোক্লবগীদমক ঐনা মতৌ করম্না য়াথং পিরসিগে ? নত্তে নত্তে মহারানী, ঐহাক ইনাওশিংগা অমুক লান থেংনবা তৌররোই। ইনাওশিংগী মমিং থুংনবা কোনুং লৌহৌরসনু। ঐহাক হাপ্তা বাঙ্গালা তায়া চৎলগে।

প্রেমময়ী — ম্নাখ্বা ইবুংঙো, ননাইনা হায়জবা .....। (নোংমৈ কাপ্পা)।

সুরচন্দ্র — নত্তে নত্তে মহারানী, ঋা মখা তারগনু। নোংমৈ মখোন অসি য়াম্না নকশিল্লক্লে, থুনা মফম অসি থাদোক্লুনা চৎনবা থৌরাংশি, ঐগী খুৎসু থাং লৌথোকউ। (মহারানীনা থাং পুথোকপা নিংথৌনা মহারানীগা থোকখিবা, নোংমৈ তোইনা কাপ্পা, ঙহাক লৈরগা টিকেন্দ্রজিৎ পিস্তল অমা পাইরগা চেনশিল্লক্লুনা, ইমুং ককা চংদুনা য়েংলুরগা, মপান্দা অমুক থোরকপা)।

টিকেন্দ্রজিৎ – (স্বগত:) কনা অমত্তা লৈত্রে, লোইনা চেনখ্রে। (মতম অসিদা থাঙ্গাল ফিংনা চেনশিল্লকপা টিকেন্দ্রজিৎনা পিস্তোল উৎপদা, থাঙ্গাল খংলেপ লেপ্লা) ইপু, কনাগী মীচং ওইদুনা, কোনুংদা চংবিরকলিবনো হায়বা, অশেংবা খংহনবিদ্রবদি, জুগোৎ কয়া চারোই।

থাঙ্গাল – (নোক্কুনা) অহল ওইরবসু, ইপু ঙসি ফাওবা ক্ষেত্রিনি ইপু থবাক লোংনা নোক্লা নোক্লা লৈগে। নিপা মচানা খুৎলাই চিংঙুরবদা হনবা হৌনদে। কাপু, ইপুবু কাপু, ইবুংঙো।

টিকেন্দ্রজিৎ – ইপু, ফনা নক্কবা শাগৈ-নাতৈ ওইদুনসু, টিকেন্দ্রজিৎনা কৈদৌঙেদসু য়েক্কবা থমগনি হায়না নিংবিগনু। মরম অদুনা ঐগী ব্রাহং অসি পাওখুম য়াম্না থুনা পামই। পাওখুম অদু তারগা কাপফম থোক্লগা শোইদনা কাপকনি।

থাঙ্গাল – ইবুংঙো, ইবুংঙোনা পিস্তল অদু চিংঙমদনা, চুমনা ব্রাহং অদু হংলমলবদি, ইপুগী ইফমদগী অশেংবা পাওখুম শোইদনা ফংলমদগবনি। অদুবু হৌজিক্তি পাওখুম অদু পিবা য়াদ্রে। ঐগী পাওখুম অসি তারগা লৈপাক প্রজানা "থাঙ্গাল মেঙ্গর পাংদেদা, অহল অদুক ওইরবদা, শিবা কীদুনা, মিনম্বা পাওখুম পিখ্রিবনি" হায়না শোইদনা নোক্কখিগনি। মরম অদুনা সেনাপতি, ইপু ফনসু অহল ওইরে, সিবা য়ারে। কাপু, পিস্তল অদুগী মচিন্দা ইপুগী য়াইবী থব্রাই অসি থারগে।

টিকেন্দ্রজিৎ – ইপু, ব্রাখল মুম্না তৌবিয়ুদা।

থাঙ্গাল – (নোক্কুনা) হা হা হা। নিপামচানবু ব্রা য়াম্না ঙাংনরগা করি কান্নগদগে ? সেনাপতিনা তৌনিংবদু হেক্তা তৌনা।

টিকেন্দ্রজিৎ – অদুদি শেম শাবিরো, ইপু।

থাঙ্গাল – ইপুদি অসাইনা শেম শারবনি, কাপু থিল্লে। (থাঙ্গালনা মথবাক লোংনা লৈবা, টিকেন্দ্রজিৎনা পিস্তল চিংবা, মতম অসিদা কুলচন্দ্র যুবরাজ চেনশিনলক্কুনা ময়াইদা লেপ্লা)।

কুলচন্দ্র – সেনাপতি অদুম হৌনব্রা ? ইপুগী করি মরাল লৈদুনা, নহাক্না পিস্তলনা কাপকে তৌরিবনো ? কদায়, পিস্তল অদু ঐঙোন্দা পিয়ু। (পিস্তল লৌবা, টিকেন্দ্রজিৎ মাই লুকথদুনা লৈবা)।

থাঙ্গাল – যুবরাজ, ননাও ইবুংঙোবু খামবিরুরগনু। 'পিস্তল অমা পাইরগা, থৌনা ফরবা ননাও ইবুংঙোগী মখুৎতা, ইপুগী য়াইবী থব্রাই অসি থারগে।

কুলচন্দ্র – ব্রারৌবিগনু ইপু। নশু ঐহাক হিংলিঙৈদা অদু কৈদৌঙৈদসু ওইবা য়ারোই। (সেনাপতিদা) সেনাপতি, হৌজিক ফাওবা করি তৌদুনা লৈরি ? ইপুগী মফমদা থুনা লাল্লে হায়জৌ।

টিকেন্দ্রজিৎ – ইপু, নশুগী অরানবা অমুক্তা ঙাকপিয়ু।

থাঙ্গাল – ইশুগী খুৎতা পিস্তল লৈত্রবনিনা, ইপুগী পাওখুম, পিরগে তারো। ইপুদি কনাগী মীচং হায়বা অমুক লৈতে। নখোইনা নিংথৌ ওইরে নখোইগী অদুগা মখোইনা ওইরে মখোইগী। হা হা হা। নোক্কুনা থোকখিবা।

**শিন থাদবা।**

# ১বা অঙ্ক।
## ৬ শুবা দৃশ্য।
## গ্রামৎপথ।

(মহারাজ সুরচন্দ্র, পাকাম্না, পোৎ পুবা মনাই অমানিগা চৎপা, তুংলোমদগী কুলচন্দ্রনা তান্নরক্কুনা খুরুম্বা)।

সুরচন্দ্র – ইবুংঙো যুবরাজ, করি হায়নিংবা লৈ ?

কুলচন্দ্র – আজ্ঞা, ম্নাকোনুংদা অমুক লেংসিনবিদুনা নিংথৌ ওইবিনবা হংগৎচগে, লাকচরিবনি।

সুরচন্দ্র – নত্তে নত্তে ইবুংঙো, নংনা নিংথৌ ওইদুনা লৈপাক অসি ঙাকহৌরো। ইয়াম্বদি পাবুং ম্নাখ্বাগী কীর্ত্তণ অসি নংনবা শ্রীকুণ্ড য়ৌরগে ?

কুলচন্দ্র – আজ্ঞা, মতম পুম্নমক্তা ননাই কুলচন্দ্রনা হংগৎপদা ম্নানোংদম ওইবিরগা, ঐগী ইনাওশিংনা ম্নাচরন্দা য়োনবদা, ননাই কুলচন্দ্রবুসু ইনথোকপিরবরা, আজ্ঞা ? (দণ্ডবোৎ তৌদুনা খুরুম্বা)

সুরচন্দ্র – (কোনখৎপিদুনা) করিগীদমক্তা লৈপাকথক্তা ইনাওনা .... ?

কুলচন্দ্র – (খুরুখুদক কুল্লগা) হন্দক্কী লান অসিগী ননাই ঐহাক্লা খংখ্রবা, শ্রীগোবিন্দগী চরন্না সাক্ষি, য়াম্বুং ইবুংঙোগী চরন্না সাক্ষি ওইগনি, ননাও য়াওদবা অশেংবনি, আজ্ঞা।

সুরচন্দ্র – কনানা ইনাও য়াওই হায়রিবা ? ঐগী ইনাও কুলচন্দ্রবু ময়াম্বা ঐগী ইথক্তা খুৎলাই পাইগদ্রা ? অদুবু ইবুংঙো, হৌজিক্তি নংনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইদুনা, শ্রীরাধাগোবিন্দগী নিতি সেবা কাইগনুকো।

কুলচন্দ্র – ম্নায়াথং তাকপিরিবা অসিবু করিনো ? য়াম্বুং ইবুংঙোনা শ্রীকুণ্ড লেংবদা ননাই ঐহাকসু ম্না থৌগন তৌজনি। য়াম্বুংনা লেংখ্রবদা, ফৎত্রবা ইনাওশিং অসিগী মরক্তা, ননাই ঐনা করম্না লৈহৌগদগে ? ননাই ঐবুসু ম্না থৌগন তৌহনবিয়ু, আজ্ঞা।

সুরচন্দ্র — ইবুংঙো, মণিপুর স্না লৈপাক্তা ইবুধৌ ইবুংঙোশিংগী স্না হাক্তক্তগী, মথং মথং শ্রীগোবিন্দগী সেবা চৎলক্লগা, করম্না ইচিন ইনাওগী হাক্তক্তা শ্রীগোবিন্দগী সেবা কাইহল্লসিগে ? ইবুংঙো নহাক নৎতনদি, লৈপাকপুবা ঙস্না ইনাওশিং অমত্তা য়াওদ্রে, অদুগীসু মথক্তা স্বর্গীয় পাবুং স্নাখাগী স্নায়াথং করম্না লৈপাক তাহল্লসিগে ? ইবুংঙো, ইয়াম্বগী ইথংদদি ইনাওনা শ্রীগোবিন্দগী সেবা ফংগদবনি। ইয়াম্বনা হায়বদা অমুক য়েৎপা তৌরগনু, ইবুংঙো। ইয়াম্বনা ঙসি নহাকপু মণিপুরগী নিংথৌ হাপ্পবনি। (মনাইদগী থাং লৌদুনা থাং পিবা)। করিগী লৌদ্রিবনো ইবুংঙো ? ইবুধৌ ইবুংঙোশিংগী হাক্তক্তগী শুনরক্লবা স্না খুৎসু থাংনি। সে সে থাংসি পাইরগা মণিপুরগী নিংথৌ ওইদুনা শ্রীগোবিন্দগী সেবা তৌহৌরো। (থাং পিবা, খুরুম্নগা লৌবা)।

কুলচন্দ্র — (থাং লৌরগা) আজ্ঞা, য়াম্নুং ইবুংঙো লৈনা লৈনা, নিংথৌ ওইবা হায়বসে, ননাই ঐগী থবাইনদি য়াখিদ্রেদা।

সুরচন্দ্র — ইবুংঙো, ব্রা মখা তারগনু। স্বর্গীয় পাবুং স্নাখাগী স্নায়াথংনি, ইয়াম্বগী য়াথংনি, নহাক নিংথৌ ওইদবা য়াদে।

কুলচন্দ্র — আজ্ঞা, স্নাপুকনিংনা অদু য়ৌবিরবদি, ননাই ঐনা হিক্তোকচবদি ঙমদ্রে। অদুনা ননাইনা হংগৎচসি, অমুক্তা স্নাপুকনিং চংবিয়ু। ঙসিদগী হৌদুনা স্না খুৎসু থাং অসিনা পোইরে মৈতে লৈপাক্কী নিংথৌ ওইরগা, ননাই ঐখোই ময়াম্না লৈপাক ঙাকচবা স্না চরন্দা নিজরে, আজ্ঞা। (খুরুম্বা)।

সুরচন্দ্র — (ঙক্তগী মুক্তা পরেং লৌথোক্তুনা) ইবুংঙো, ঙসিদগী হৌদুনা, গোবিন্দগী সেবা কাইদনা, লৈপাক মরা তপ্পা পাল্লুকো। সে সে পাবুং স্নাখানা থোল্লম্বা, ইয়াম্বনা অহননি হায়দুনা ফংজবা মুক্তা পরেং অসি, ঙসিদগী ইনাওগী ওইহৌরোকো। (হকপিবা, কুলচন্দ্রনা দণ্ডবোৎ তাদুনা খুরুম্বা)। ইবুংঙো, লৈহৌরো, ইয়াম্বা চৎলগে। (ময়াম থোকখিবা, কুলচন্দ্র নুংশিনা য়েংদুনা লৈহৌবা)।

কুলচন্দ্র – (স্বগত:) নুংশিখ্রেদা, অসুক পুকচেল খোইজেল ফজরবা ইয়াম্বগা কাইনরবনিকো। (ঙহাক তুমিন লৈরুরগা) নত্তে নত্তে, ঐহাক নিংথৌ ওইরোইদা। অসিগুম্বা ইয়াম্বনা হিংলিঙৈদা, করি ইতিক লৈদুনা, ঐনা নিংথৌ ওইগদগে ? নিংথৌ পাম্বা ইনাওশিংনা স্না খুৎসু থাং অসি পাইরগা মণিপুর স্না লৈপাক্কী নিংথৌ ওইহৌরসনু। থাং অসি শিন্নরস্নগা, য়াম্বুং ইবুংঙোগী স্না খোংগুন লিরগে। (থোকখিবা)

## শিন থাদবা

# ১বা অঙ্ক।

## ৭ শুবা দৃশ্য।

## লম্বি।

(লৱাই নিপা অমগা ইম্ফাল নিপা অমগা থেংনবা)

ল: নিপা – ইবুংঙো, করিগুম্বা ৱা অমত্তা .......।

ই: নিপা – করি ৱা ওইরবনো, তাদা ?

ল: নিপা – ইবুংঙো, লৈপাক্কী ইরাং অসিবু কবম তৌরিবগে ' হৌজিক মণিপুরগী নিংথৌ ওইবিনবা লৈত্রে হায়নরিবা অসিবু অচুম্ববা ?

ই: নিপা – অসিগুম্বা ৱাফম অসিবু হৌজিক্তা ইনৌ নৌনা হংলিবদি, তাদা নংবু কদায় ৱাইদগীনো ?

ল: নিপা – ইবুংঙো, ঐহাক থাপলবা লৱাইদগীনি। মরম অসি থাইঙশেংনা খংদদুনা হংজবনি।

ই: নিপা – অদু ওইরবদি ঐহাক হায়রগে তাবিরো। মচিন-মনাও লান থেংনবদা, হান্না পাল্লম্বা নিংথৌ মাইথিদুনা, হাপ্তা বাঙ্গালাদা চেনখি হায়বা অদুদি তাররিগনিদনা ?

ল: নিপা – হয়, পাও অদুদি তাজরে। শ্রীযুৎ ইবুংঙোবু হৌজিকসু অদুমমক লৈরিব্রা ?

ই: নিপা – ঙাইখো, ঐহাক মথং মথং হায়গে। হন্দক শোকনরিবা লান অসিগী মরমদা করি অমত্তা খংজদবা যুবরাজ কুলচন্দ্রনা, মনাওশিংবু চৈহৎলগা, ময়াম্বুং ইবুংঙো সুরচন্দ্রবু কোনুংদা অমুক হন্না লেংসিনবিরক্কুবা হংগৎলুই।

ল: নিপা – নিংথৌ মচা ওইনা পোক্লগা, নিংথৌগী খুবমবু কলক-মিহৌদবা যুবরাজ ইবুংঙোবু, ঐনা হন্না হন্না থাগৎতবা ঙমদে। (ঙহাক তুমিন লৈক্লরগা), ফরে, যুবরাজ থেংনবদগী শ্রীযুৎ ইবুংঙো, অমুক হন্না ম্না কোনুংদা লেংশিনলক্কব্রা ?

ই: নিপা – তপথৌ, ঐহাক মথংশিৎনা হায়গে। মনাও ইবুংঙোনা হংগৎলুবদা শ্রীযুৎনা নিংথৌ অমুক ওইবা ঙম্নরোই হায়না, নিংথৌগী খুৎসু থাং শিন্নরম্নবা শ্রীযুৎ তীর্থ লেংগ্রে।

ল: নিপা – শ্রীযুৎ তীর্থ লেংগ্রবা ? অদুদি হৌজিক মণিপুরগী নিংথৌদি, মনাও ইবুংঙো যুবরাজনা ......... ?

ই: নিপা – ঙসি ফাওবদি মণিপুরগী রাজ-সিংহাসন হাংদুনা লৈরি, নিংথৌ কনাসু ওইদ্রি।

ল: নিপা – ইবুংঙো, মতাং অসি য়ৌরকপদা ইয়াম্বা ভাব তাবা ঙমদ্রে।

ই: নিপা – ঐহাক ভাব তানবা হায়জগে। শ্রীযুৎ ইবুংঙোনা নিংথৌ অমুক ওইবিয়ু হায়বা য়াদ্রবনিনা, মনাও ইবুংঙো যুবরাজনা নিংথৌ ওইফম থোকই হায়বসি, লৈপাক প্রজা পুম্নমক লোইনা খংনরিবা ঙাক্তনি। অদুবু ....... ।

ল: নিপা – অদুবু হায়বদি ?

ই: নিপা – অদুবু তাদা, যুবরাজ ইবুংঙোগী পুকচেল অঙকপনি। মনাও ইবুংঙোশিং অমদি লৈপাক প্রজানা, যুবরাজবু সিংহাসন্দা লেংখৎপিরো হায়রুবদগী, যুবরাজ ইবুংঙো লোৎখ্রে, থিবা খংবা লৈখিদ্রে।

ল: নিপা – লোৎখ্রবা ? অদুদি যুবরাজ ইবুংঙোনা নিংথৌ ওইবিয়ু হায়বা য়াদ্রবনিনা, হৌজিক মণিপুরদগী নিংথৌ কনানা ওইবা তারবগে ?

ই: নিপা – অদুগী মরমদা থোইদোকপা খন্নবা তাদ্রি। হৌজিক ফাওবগী মণিপুবগী মাইকৈ শালাই মরিদা, শমজি খাইদুনা, যুবরাজ ইবুংঙোবু য়াম্না কন্না থিবা লাকনরি। ঙসিগী অনৌবা পাওদি তাদ্রি। অদুগা ঙরাং ফাওবদি থোইদোকপা লংলা-লংজিন অমা ফংই হায়বা তাদে।

(মতম অসিদা পাওচেনবা নিপা অমনা, ধুলোক য়ৈদুনা, খোংজোম পর্বগী সুরদা, ঈশে শক্লা শক্লা চংলকপা, নিপা অনি ঙক্লা তাবা)।

ঈশৈ

পাওচেম্বা— লৈপাক প্রজা তাবিহৌরো,
তাদে কৌবদা হায়নসুসি,
তামনা মানবা ইখোঙ্গেননা,
ঐনদা চেনববু পাওসিদি।
ঙসি কোইরৌ নোংজাদা,
পোইরে মৈতে লৈপাক্তা,
কুলচন্দ্র কৌবনা ইবুংঙো,
নিংথৌদি অভিষেক তৌরগনি।
মালোম পৃথি লৈময়োন্দা,
তোমখিন ঙানবনা নুমিৎকুম্বা,
মনাও ইবুংঙো টিকেন্দ্রজিৎ,
যুবরাজ ফমথোক্ল কারগনি।

ই: নিপা — যুবরাজ ইবুংঙোবু মফম কৈদা লৈরমবগে ?
পাওচেম্বা— করি হায়বা ?
ই: নিপা — যুবরাজ ইবুংঙোবু লমদম কৈদা ফংবগে ?
পাওচেম্বা— (খোংজোম পর্ব্বগী শুরদা)।

মরমগী লমলেন মদাইমা,
নম্বোল ফোইজিংনা লমদমদা,
যুবরাজ ইবুংঙো কুলচন্দ্র,
কেকু কেকুনা ফোং ফোংলে।
লৈপাক প্রজা নিঙমবিরোই;
বাঝাইনা লোইশং তমবিরো,
হরাও হরাওনা লেংবিদুনা,
জগোই কুম্মেনা য়েংবিহৌরু।

(ঈশৈ শক্লা শক্লা থোকখিবা, নিপা অনি অদুসু ইমখিবা)।

শিন থাদবা।

# ১বা অঙ্ক।

## ৮ শুবা দৃশ্য।

## বাঝাই লোইশং (দরবার হোল)।

(নিংথৌগী পোষাক্তা কুলচন্দ্র সিংহাসন্দা ফমদুনা লৈবা, যুবরাজগী পোষাক্তা টিকেন্দ্রজিৎ, নিংথৌগী য়েৎতা ফম্বা, থাঙ্গাল মেঙ্গরনা নিংথৌগী ওইদা ফম্বা, মাং ওইরপনা গ্রিমুড সাহেবকা মেমগা ফম্বা, নিংথৌগী নাক তুং অনিদা চুং-তা পাইবা মনাইশিংনা থৌগন তৌবা, মাং ওইরপনা শেনাক খনবনা চিংবা খুরু খুদক কুন্দনা লৈবা, মৈ হেক ঙানবগা নিংথৌ হৌগৎতুনা য়া ঙাংবা, ময়ামসু চপ মান্নবা লেপখৎতুনা তাবা)।

কুলচন্দ্র — (হৌগৎতুনা) ইকাই-খুম্নবগী মশক ওইরবা তিনবিরিবা অঙম-অথৌ পুম্নমক অমদি ঐহাক্কী নুংশিরবা প্রজাখিবিক্কী মফমদা, নিংথৌ ঐগী পাওমেল অসি তাবিনবগীদমক নিংশিংজরি। হন্দক্কী নিংথৌ মওই অসি পামজদবদগী, ঐনা নিংথৌ ওইরোই হায়না খাংজববু, রাজ-সিংহাসন হাংবা য়াদবনা, লৈপাক প্রজানা নুংশিবিদুনা ঐহাকপু নিংথৌ অভিষেক তৌবিরে। হৌজিক্তি শ্রীগোবিন্দগী চরনবু শাক্ষি থমদুনা, ঐনা য়াশকচরিবা অসিনি— ইবুধৌ ইবুংঙোশিং, পাবুং ম্নাখ্বা অমদি য়াম্বুং ইবুংঙোবু চোপহনদনবা লাকনবদা শিবা তারবসু, ঐনা কৈদৌঙৈদসু মাই ওল্লম্বা তৌরোই। নিংথৌ ওইরবদি, তৌনিংবতা তৌবা য়ারে হায়দুনা, ইশাগীতা যেংদুনা, শাগৈ-নাতৈগীদা খন্দুনা, প্রজাশিংবু নমথনবা লাক্লবা নিংথৌদি, ঐহাক কৈদৌঙৈদসু ওইরোই। নিংথৌ হায়বা অসিদি, লৈপাক প্রজানা তলোব পিজদুনা থম্বা, লৈপাক্কী অফা-নুংঙাইগী য়াখলতা খনগদবা মীশক অমনি হায়বা, ঐনা মিকুপ অমা ফাওবা কাওবা তৌরোই। অরোইবদা ঐনা হায়জনিংবদি— লৈপাক্কী অফবা থবক্তি তৌজনিং, লম্বি চৎফম খংদদুনা লমুক্লরবা মতমদা, পাইমা

লৌশিং চাওরবা, লৈপাক্কী অঙম অথৌ খিবিক্লা, নিংথৌ ঐগী খুজেং পালোইনদুনা, অচুম্বা লম্বিদা চিংবিগনি হায়না নিংজে। অসিদা অসুম .......
(ময়াম চপ মান্নানা খুবাক প্রোক প্রোক খুরগা ফমথবা)।

থাঙ্গাল – (হৌগৎতুনা) হৌজিক্তি ইবুংঙো যুবরাজনা লৈপাক প্রজাদা হায়বিনিংবা খরদং ...... । (ফম্বা)।

টিকেন্দ্রজিৎ – মণিপুরেশ্বর মহারাজ, তিনবিরিবা অঙম-অথৌ অমসুং নুংশিরবা প্রজা ইচিন-ইনাও পুম্নমক, ঐহাক্কী বাহে-বাতা শোইরকপা, থৌগনলোন-ব্যবহার কাইরকপা, সভাগী গুণনা ঙাকপিগনি হায়না নিংজে। ঙসি লৈপাক প্রজানা নুংশিবিদুনা, ঐহাকপু মণিপুরগী যুবরাজ হাপপিরে। ঐহাক্না পাংজদবদি খংদে, শ্রীগোবিন্দগী চরণ্না সাক্ষি ওইগনি, ঐহাক্না খংজবা, হৈজবা ইথৌদি চপ-চানা তৌজগনি। দেশকী কান্নবগীদমক ইরেপাক্কী মঙ্গলগীদমক, লৈপাক প্রজাগী অফা-নুংঙাইগীদমক, ঐহাক্কী থবাই হকচাং অসি ঙসিমখে কৎথোকচরবনি। (ময়াম খুবাক খুবা, যুবরাজ ফমথবা)।

গ্রিমুড – (হৌগৎতুনা) ঙসি কোরোনেসন দেদা ঐখোই য়াম্না নুংঙাইরে। We pray to God মণিপুর নিংথৌ and যুবরাজ, মতম কুইনা পানবা। (ফমথবা)।

লেডি গ্রিমুড – (হৌগৎতুনা) হৌজিক কোরোনেসন খতম ওইরে। Let us enjoy the dance now কুম্মে সুরু তৌবা য়ারে। (ফমথবা)।

কুলচন্দ্র – (থাঙ্গালদা) ইপু, কুম্মে হৌহনবিরো।

(থাঙ্গালনা হৌগৎতুনা ইঙ্গিৎ তৌবা, নুপী-মচা খরা চংলক্তুনা নিংথৌ খুরুমলগা, ইশেগা লোয়ননা মৈতৈ লাই হরাওবগী জগোই শাবা)।

ঈশৈ।

সনানা ময়ুং কারিবা
লুপানা মফেল ওইরিবা
পোইরে মৈতে লৈময়েন
মণিপুরসনা লৈপাকনি।
মনিনা থিনবা লৈতেংদা
মুক্তা পরেংনা শানবগুম
সনাগী তাংবল মথক্তা
শানথোইরিদো ইনিংথৌ।
নিজসি খোইনৌ ইতারোই
য়াইফবা লিকলাই ইবুংঙো
খোইয়ুম লাইগী খুয়াদা
খুবাং চাংজৌ লৈতানা।

(জগোই হেক লোইবগা জগোই শাবীশিংনা চপ মান্ননা মণ্ডক নোনবা, ময়াম হরাওনা খুবাক খুবা)।

দ্রোপ।

## ২ বা অঙ্ক।

## ১বা দৃশ্য।

## হাপ্তা বাঙ্গালা।

(দাড়ী য়াম্না ৱাংবা বাঙ্গালা অমা, দুইতোলাগী মতৌগুম্না দাড়ী অদুগী মনুংদা মী চৎথোক চৎশিন য়াবা, বাঙ্গালা অদুগী সিড়িগী নাক অনিদা মখাদা থোং অমমম পানবা, বাঙ্গালা অদুগী মাঙ্গোলদা দরবারগীদমক য়াম্না নিংথিজনা লৈতেংবা টেবিল অমা থাবা, অকোয়বদা চৌকি মরি-মঙা থাবা, মৈ হেক ঙানবগা লেডি গ্রিমুড ৱাখল তৌনা তৌনা, ইমুংদগী ফিংলপনা থোরকপা)।

লেডি গ্রিমুড – (স্বগত:) Have they set a trap to arrest Prince Tikendrajit ? Am I to remain silent in this matter ? (ঙহাক খল্লগা) No, No, to-day I will proof that I love and respect Jubaraj Saheb. I will send Osman Dorjee with a letter to Prince Tikendrajit just now. ঐনা হৌজিক ওসমান থাগনি। (সিড়ি কুমথদুনা মপানলোমদা থুনা থোকখিবা, অমসুং ইমুংদগী কুইন্টনগা গ্রিমুডকা ৱারি শানা শানা থোরক্লগা, চৌকিদা চংদুনা ফম্বা)।

কুইন্টন – What I say is this– Maharaja Surchandra had lodged a petition to the viceroy stating that he was abdicated illegally by his brothers. Therefore I come to arrest Prince Tikendrajit, the leader in accordance with viceroy's orders. (লেডি গ্রিমুড মপানলোমদগী চংলকপা) take your seat, please.

লেডি গ্রিমুক – Thank you, Sir. (চৌকিদা ফম্বা, খানসামানা অচা অথক পুথোকরকপা অমসুং ঙহাক ঙাইরগা কপ প্লেৎ পুশিনখিবা)।

গ্রিমুড – Sir, is it right to decide a case without having both the parties heard ?

কুইন্টন – To look into the question of right and wrong is not my job at all. My duty is to obey the viceroy.

লেডি গ্রিমুড – Sir, we have been living in Manipur for a long time. So we know Prince Tikendrajit very well. He is not a man to mal-treat his subjects.

কুইন্টন – I know not if he is good or bad, my duty is to have him under arrest. Well, Lady Grimwood, why do you start such arguments against his capture ? Why do you regard such a person born in such a small district with fear and hesitation ?

লেডি গ্রিমুড – Sir, though born in a small district, he can not be easily derided. Prince Tikendrajit is as brave as a lion in battles, straight forward like a child and as tender as a flower to the helpless. I dare say such a man is of course very rare in the world. So, it is better to take a great care of him.

কুইন্টন – Lady Grimwood, needless to praise him so highly. (ঘড়ি য়েংলগা) Everything will come to light within ten minutes. (কর্নেল স্কিল লেপটানেন্ট সিমসন অমসুং এসিসটেন্ট সেক্রেটরী কসিন চংলক্লগা সালাম তৌবা) । Everything ..... all right ?

স্কিল – Yes Sir, everything is ready.

কুইন্টন – Then you post yourselves at proper places. Time is coming up, be ready. (সালাম তৌরগা, সিড়িদা কুমথদুনা, দাড়ীগী থোংদা চংখিবা) ।

লেডি গ্রিমুড – (মপানলোমদা য়েংলগা হৌগৎতুনা) His Highness the Maharaja and some officers are coming. (ময়াম হৌগৎতুনা য়েংবা, মহারাজ কুলচন্দ্র, থাঙ্গাল মেঞ্জর অমসুং চুং-তা পাইবা থৌগন মী খরগা চংলকপা, নিংথৌগা সাহেবশিংগা সালাম তৌনবা)।

গ্রিমুড – রাজা সাহেব, চিয়ারদা লেংসিনবিয়ু। (মহারাজ কুলচন্দ্র চংদুনা ফম্বা, নাক্তা থাঙ্গাল মেঞ্জর ফম্বা, নাক-তুংদা থৌগন মনাইশিং লেপ্তুনা লৈবা)।

কুইন্টন – রাজা সাহেব, যুবরাজ করিগী লাক্তে ?

কুলচন্দ্র – সাহেব, ঐগী ইনাও অদু মশা ঙমদে হায়দুনা লৈহৌরে।

কুইন্ট – যুবরাজ নারে ? Then what is to be done now ? হৌজিক করি তৌনি ?

কুলচন্দ্র – সাহেব, যুবরাজ য়াওদ্রবসু ঐহাক য়াওরি। ঐনা য়াবা থবক্তি, ঐহাক্কী ইনাও অদুনসু শোইদনা য়াগনি। মরম অদুনা দরবার তৌবদা থোইনা অকায়বা লৈরোই।

কুইন্টন – No, রাজা বাহাদুর, যুবরাজ য়াওদে, দরবার তৌবা য়ারোই। This দরবার য়াম্না অরুবা দরবারনি। Therefore, His Highness কী officers মশানা হাজির ওইবা পামই।

থাঙ্গাল – সাহেব, ঙসিমক্তি অদুগী উপায় লৈত্রে। মরম অদুনা যুবরাজগী হকচাং ঈবা ফৎত্রিবা ফাওবা ঙাইবা তারেদনা।

কুইন্টন – I know well, Major Sahed. যুবরাজ নাবা মতম চংগনি। ঐখোই হয়েং morning; ইম্ফাল থাদোক্কনি ঙাইবগী মতম লৈতে। Viceroy গী হুকুম ফংলগা, ঐখোই কোম্না ইম্ফাল লাক্কনি।

কুলচন্দ্র – সাহেবশিংনা হয়েংমক ইম্ফাল থাদোক্কনি হায়বা অসিগী পাওদি, ঐখোই হৌজিক্তা তারিনা ?

কুইন্টন – চুমই রাজ বাহাদুর, অদুগুম্বা প্রোগ্রাম ঐখোইগী লৈরমদে। মরম অসি, this morning ভাইশরোইনা টেলি তৌরে। All right, অসিগী বা কান্নবা লৈত্রে। রাজা বাহাদুর, Manipur dance (রাস জগোই) world দা famous ওইরে। Therefore we want to enjoy the said dance at Hapta Bangalow this very night. ঐখোই মৈতে রাস য়েংবা পান্নে, রাজা বাহাদুর।

কুলচন্দ্র – সাহেবশিংগী নিংবা শোইদনা থুংহনগনি।

থাঙ্গাল – আজ্ঞা, দরবার তৌররোইদবা লৈরবদি, লেংননবা ......।

কুলচন্দ্র – ফরে ইপু চৎলসি। (হৌগৎতুনা সাহেবশিংদা য়েংলগা অদুদি ঐহাক হন্নবা .....।

কুইন্টন – সালাম, রাজা বাহাদুর। (সালাম তৌনরগা মহারাজখোই থোকখিবা; সাহেবশিংনা খরা থিনদোকউরগা, অমুক চংলকপা)।

লেডি গ্রিমুড – Sir, do you come to take my words at last ? The thing is – such an intellectual man is very rare in the world. I dare say that he never suffers from any disease. He knows your intention well, that's why he doesn't come.

কুইন্টন – (শাওরপনা) For the deception, I shall take proper revenge to capture him forcibly. (থুনা ইমুংদা চংখিবা, মেম নোকফেৎ তৌদুনা লৈহৌবা)।

শিন থাদবা

## ২শুবা অঙ্ক।
## ২শুবা দৃশ্য।
## লম্বি। (কোনুং ময়াগী)

(ম্লাকোনুংদা মহারাজবু থিনজিল্লগা, থাঙ্গাল ব্রাখল তৌদুনা হল্লকপা, তুংলোমদগী টিকেন্দ্রজিৎনা কৌরকপা)।

টিকেন্দ্রজিৎ – (Off scene দগী) ইপু মেঞ্জর, ইপু মেঞ্জর, মীকুপ অমত্তা ঙাইবিরমখো। (থাঙ্গাল হল্লা য়েংলগা খোংগাপ অমা অনি হল্লকপগা, টিকেন্দ্রজিৎনা চংলকপগা, থেংনবা)।

থাঙ্গাল – ইবুংঙো, ননাই ইপুদা করি তাকপিগদবা .... ?

টিকেন্দ্রজিৎ – হাপ্তা-বাঙ্গালাদগী হল্লক্লগা, ইশু ইপু উনখিসি হায়নপ্রগা তুমিন্না লেংলমলিবদি করিগীনো, ইপু ?

থাঙ্গাল – ও: ইবুংঙো, ননাই ইপুবু ঙাকপিয়ু। ঙসি শ্রীযুৎ ইবুংঙোনা ননাই ইপুদা থবক-শিন্থা অমা পিবদগী, অদুগী ব্রাখলদা মুনখিদুনা, ইশু ইপু হায়নখিবা পুন্না, লোইনা .....।

টিকেন্দ্রজিৎ – শ্রীযুৎ ইবুংঙোনা ইপুদা কয়া অমুক লুবা থবক ..... ?

থাঙ্গাল – ইবুংঙো, থবকপুদি অদুক য়াম্না পংলু লুবা নৎতেদা। অদুদা শিনফম অসি ইপুনা কয়া হৈনদদুনা ....।

টিকেন্দ্রজিৎ – করম্বা শিনফমনোনে, ইপু ?

থাঙ্গাল – ইবুংঙো, মী অসিমা লোইথোকউরো, মহাক অসিমা অঙাং ওলহল্লুরো. হায়বশিং ককা থোক্লবদি, ইপু করিগীদমক্তা ব্রাখল খনগদগে ? অদুদি নৎতনা জগোই রাস শায়বগী গোপীনা চিংবীবু, ননাই নপুদা শিন-লাংঙু হায়বা অসিদা .....।

টিকেন্দ্রজিৎ – করিগী জগোই রাসনোনে, ইপু ?

থাঙ্গাল — যুবরাজ হোরেন নুমিদাং হাপ্তা বাঙ্গালাদা, মৈতৈগী জগোই রাস য়েংজগে হায়না, শ্রীযুৎ ইবুংঙোগী মাচরন্দা, সাহেবশিংনা হংগৎচরকই। মরম অদুনা ইবুংঙো, মালেসাশিংগী মমাংদা শ্রীযুৎ ইবুংঙো চোপপা য়াদবনিনা, মশক মতৌসু ফজবী, শাথেক খুথেকসু চংখোনবী অদুগা মখোনসু তামনাগী খোম্বাংবু ওমজবী, অদুগুম্বী মৈতৈ চনু কনা-কনা লৈবগে হায়না খনবদা, ইপুগী কোক অসি থাঁঙেশেংনা ঙাওরবনি।

টিকেন্দ্রজিৎ — ইপু, অদুগীদমক্তা করিগী অদুক লুনা খনবিরুরিবনো ? মহৌশা শ্রীগোবিন্দগী থৌগন তৌরিবা, জগোই রাস অদু কোক য়েংহল্লগা লোইরে। অসিগী ৱাসি কান্নদেদা, ঐহাক ইপুদা ৱা খরদং ......।

থাঙ্গাল — করি ৱানো তাকপিয়ু, যুবরাজ।

টিকেন্দ্রজিৎ — ইপু, ঙসি দরবারদা করি করি লেপনখ্রবগে ?

থাঙ্গাল — দরবার তৌদ্রে, ইবুংঙো।

টিকেন্দ্রজিৎ — করি মরমগীনো, ইপু।

থাঙ্গাল — মরম হায়ববু, যুবরাজ ইবুংঙো য়াওদ্রবদি, সাহেবশিংনা দরবার তৌবা য়ারোই হায়না ......।

টিকেন্দ্রজিৎ — ঐহাক য়াওদবগীদমক দরবার লেপ্পা ? (ঙহাক তুমিন লৈরুরগা) অদুদি ইপু, ঙসি তৌদ্রবসু, কৈদৌঙে তৌবা হায়না লেপনখ্রবগে ?

থাঙ্গাল — ইবুংঙো, দরবার অমুক তৌররোই। হোরেন রাস য়েংলগা, মখোই হয়েং ইম্ফাল থাদোক্কনি হায়না শ্রীযুৎ ইবুংঙোদা হংগৎলকই।

টিকেন্দ্রজিৎ — (ঙহাক ৱাখল তৌরগা) ইপু, হন্দক মখোইনা তৌরিবসি, ঐদি ওম্বোক্লা চিংনখ্রেদা। মফম-মরাং খংদনা, হয়েং চৎলগনি

হেক্তা মহায়বা, অদুগা ঐহাক য়াওদবগীদমকসু দরবার হেক্তা লেপ্পা। ফরে ইপু, হন্দক্কী থৌদোক অসি ইপুখোইগী ৱাখলদা করি খোকই ?

থাঙ্গাল — ইবুংঙো, হন্দক্কী সাহেবশিংগী মতৌ অসি খরা চিংনদুনা, শ্রীযুৎ ইবুংঙোগা ননাই ইপুগা খন্নবদা, মেন তাবদি ওমদ্রে। অদুমনদি ওইরগা, ননাই ইপুগী ৱাখলদা অদুক খোকপদি– মখোইনা যুবরাজবু য়াম্না থৌরাংনা ঙাইবগুম্বা, হায়বদি যুবরাজবু ফা-পুনগে হায়না শরৌ শিনবগী মওংদুম মালিনে, ইবুংঙো।

টিকেন্দ্রজিৎ — অচুম্বনি ইপু, ইপুগী ৱাখল অদু কৈদৌঙেদসু অরানবা নত্তে। মখোইনা ঐবু ফাননবগীদমক শরৌ শিনবনি। ঙসি দরবার লেপলিবা অসিনদি, ওসমান দর্জিনা পিরম্বা চিঠি অদু, অচুম্বনি হায়বা ঐহাক তশেংনা খংলে। ঙসি গ্রিমুডকী মেমনা ঐগী ইতেং পাংখিবা অসি, পুন্সি অসিদা ঐনা কৈদৌঙেদসু কাওরোইদবনি।

থাঙ্গাল — অশাই ওসমান্না পুরকপা চিঠি অদু, মেম সাহেবনা থারকপা .... ?

টিকেন্দ্রজিৎ — মানি ইপু, সাহেবশিংনা ঐবু ফানবা শরৌ শিনগ্রে হায়না চিঠি অদুদা মানা য়াম্না শেংনা ইরমই। মতম অদুদা চিঠি অদু, ঐহাক্না কয়া কম্না থাজবা ওম্লমদ্রবসু, করি লৈবগে হায়না ৱাখল তৌদুনা, ঐহাক্না ঙসিগী দরবার য়াওদবনি। অদুবু ইপু, হৌজিক্তি চিঠি অদুগী মযেক খুদিংমক, অরানবা অমত্তা য়াওদে হায়বা, ঐহাক য়াম্না মুম্না খংলে। (ঙহাক তুমিন লৈরম্লগা) রাজনিতিগী মরমদদি, মখোইনা মহেক্লে হায়না নাপল তৌরিবা, বিজাতি মালেসাশিংগী সাজৎ অসি, ঐহাক্তি ফনদুম নোকচনিংই।

থাঙ্গাল — যুবরাজ, মালেসাগী সাজৎ হায়বদি ...... ?

টিকেন্দ্রজিৎ — ইপু, য়াম্বুং ইবুংঙো সুরচন্দ্র খোইগী দরখাস্থগী মরোল অদুতবু অচুম্বনি হায়না খল্লগা, ঐখোইগী ইবাদি ইতা তাদনা, ঐহাকপু হেক্তা ফাগনি হায়না থৌরাংলিবা অসিবু, নোকনিংদ্রনে, ইপু ? অসিগুম্বা শাজৎ অসিবু, চাওখৎলবা, লৈপাক মচা তারবা নোংচুপ্তা লৈবা মীশিংগী চৎনবী অমরা ? হা হা হা। অসিগুম্বা সাজৎনা লৈতেংবা, মশাগী ওইজবতা ময়েংবা, মালেসাশিংবু চাওখৎপশিংদা চনবদি ঐহাক্তনদি কৈদৌঙেদসু য়ারমলোই। মখোইগী হন্দক্কী থৌরাং অসিগী মরমদা, ঐহাক্না নিংলিবসি কৈদৌঙেদসু লাললোই। য়াম্বুং ইবুংঙোগী দরখাস্থ অদুগী মরোলদা মশাগী ওইজবা পামজরবা, মালেসাশিংগী হায়নিংঙাই লৈতনা কান্নবা মরম অমা শোইদনা য়াওরমগনি। অদু নৎতনদি মীগী ইমুং মনুং খৎনবদা মখোইগী করি মথৌ লৈদুনা, ঐহাকপু ফানবা থৌরাংগনি ?

থাঙ্গাল — হন্দক্কী মফম অসিদা, মালেসাশিংগী কান্নবা, করিনো হায়বসি, ননাই ইপুদি ভাব তাবা ঙমদ্রেনা, যুবরাজ ?

টিকেন্দ্রজিৎ — ইপু, ঐহাক মচা খাইনা হায়জগে, তাবিয়ু। হন্দক য়াম্বুং ইবুংঙো সুরচন্দ্রনা বড়লাটতা থাবা দরখাস্থ অদুদা করিগুম্বা "মণিপুরগী সিংহাসন অমুক হন্না ফংলবদি, সাহেবকী মখা পোনগনি অমসুং লোয়পোৎ কাগনি" হায়বা অসিগুমবা বাহৈশিং অসি য়াওরম্বা থোক্লবদি, ঐহাকপু চুম্না ফাবত্তা নৎতনা, হেক উনবগা নোংমৈনা কাপ্পা তারবসু, মশাগী কান্নবা, ওইজবতা ময়েংবা মালেসাশিংনা করি অমত্তা চিংনরমলোইদবনি। অদুবু ইপু, অদু ফনা ওইদুনসু, টিকেন্দ্রজিৎ ঐহাক হিংলিঙেদদি, মখোইনা মণিপুরবু মীখা পোলহনগে খল্লিবদু, ওইথোক্তবা থবকনি। অহল-লমন লাই-গুরুজন, ইবুধৌশিংগী হাক্তক্তগী, মোমোন নোকচবতনা মহাক্কী শকফম ওইরবী, নুংশিরবী মৈতৈ পোকপী ইমাবু মচা ঐখোইগী হাক্তক অসিদা, লূরবা মিৎস্না অনিদা পীগী ঈরা শিহুহনবা ? নত্তে নত্তে মদু কৈদৌঙেদসু ওইবা য়ারোই। ইপু, ঙসি নশুগী বাশক তাবিয়ু শ্রীগোবিন্দগী চরন্না

সাক্ষি ওইগনি, টিকেন্দ্রজিৎকী শিংলি খুদিংদা ঈগী ঈচেল্লনা লেপত্রিঙৈদদি, মীখা পোনবগী মৈশা লাংদুনা, মৈতৈ পোকপীগী মিংসা থম্বাল মানবীদা, তরংগী লাইজ শিম্বুবদি, ওইথোক্তবা থবকনি।

থাঙ্গাল – (হরাওনা) ইবুংঙো যুবরাজগী ব্বাশক তাবদা ননাই ইপুগী পেম্বগী লোইরে। ইবুংঙো, ইপুগী ব্বাশকসু তারো – অদুগুম্বা মতম অদুদা, যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎকী মতুং ইন্নবা লাক্লবদা, থাঙ্গাল ঐগী পুকনিংদা, খজিক্তং হনজানবা পোক্লবদি, সত্যনা সাক্ষি ওইগনি, থাঙ্গাল মেঞ্জর নুমিৎ মানা পাল্লিবা মখৈ, নরক্কী কুণ্ডদগী কাবা ঙমদবা ওইখ্রগে, যুবরাজ।

টিকেন্দ্রজিৎ – (হরাওনা) ইপু মেঞ্জর।

থাঙ্গাল – (হরাওনা) যুবরাজ। (অনি মখুৎ পাইশিন্নবা)।

শিন থাদবা।

## ২শুবা অঙ্ক।

## ৩ শুবা দৃশ্য।

## হাপ্তা বাঙ্গালা। (অহিং)।

(বাঙ্গালাগী মাঙ্গোলদা মেম অমসুং সাহেবশিং চা, য়ুনচিংবা থক্তুনা লৈবা, খানসামা অমনা হংগৎহন্দা অচা-অথক লানথোক লানশিন তৌবা, মৈ হেক ঙানবগা মোইবুং খোংবা, অদুদগী শ্রীরাধিকাগী জগোই, অদুদগী শ্রীকৃষ্ণ থোরক্তুনা রাধা কৃষ্ণ জগোই শাবা, মরক মরক্তা মোইবুং খোংবা, অদুদগী নাক য়েংৎ অনিদগী গোপীশিং থোরক্তুনা পুন্না রাস জগোই শাবা, জগোই হেক লোইবগা সাহেবশিংনা হরাওনা খুবাক খুবা, জগোইশাবীশিং থোকখিবা, কুইন্টন গ্রিমুড শিড়িদা কুমথরকপা অতৈনা ইমুং চংখিবা)।

কুইন্টন – Lady Grimwood should be ready now;

গ্রিমুড – Sir, have you decided to beseige the capital this very night ?

কুইন্টন – Yes, we are to arrest Prince Tikendrajit somehow or other. So it is better to send Lady Grimwood away with some soldiers through Tongjei Maril. (মতম অসিদা লেডি গ্রিমুড ইমুংদগী থোরক্লগা সিড়ি কুমথরকপা) Lady Grimwood, you are to leave Imphal this very moment.

লেডি গ্রিমুড – To leave Imphal ? and why ?

কুইন্টন – Because, we have to beseige the capital.

লেডি গ্রিমুড – Just now ?

কুইন্টন – Yes, we are to arrest Tikendrajit before day-break. So you get yourself ready. It would be in safe for a woman to be in the war-field. (মেম ইমুংদা চংখিবা, অদুদগী ইমুংদা ওন্দুনা) Colonel Skeel ! (স্কিল থুনা থোরক্লগা সালাম তৌবা) । I want some soldiers to escort Lady Grimwood. (স্কিল সালাম তৌরগা থোকখিবা, মেমনা চৎপগী ফিবমদা ইমুংদগী থোরকপা, মতম অসিদা স্কিল চংলক্তুনা সালাম তৌবা)।

স্কিন – Ready out-side, sir.

লেডি গ্রিমুড – (কুইন্টন অমসুং মবাগা হেগুহেক তৌরগা) Wish you good luck. Good night. (মেম তপন্সি তপন্সি থোকখিবা, ময়াম মানা চৎখিবা মাইকেদা ঙহাক য়েংদুনা লৈরুরগা)।

কুইন্টন – (ঘড়ি য়েংলগা) Colonel, it is just time, get your soldiers ready. (স্কিননা হুইশেল থোংবদা বাঙ্গালা মখাগী থোং অনিদুদগী সাহেব অনিনা লুচিংদুনা গুরখা সিপাই লানগী ফিবমদা থোরকপা, স্কিননা হুইশেল থোংলা থোংলদুনা drill, ঙহাক তৌরগা, অরোইবা হুইশেলদা salute তৌরগা সিপাই লেপ্তুনা লৈবা অমসুং স্কিননা কুইন্টন্দা সালাম তৌবা) Colonel, a special care for to-day warfare. Let no body make a noise and our main job is to arrest Prince Tikendrajit.

স্কিন – Sir, no doubt, we'll properly carry out your orders. We spare no pain to cost our life for the British government.

কুইন্টন – Grimwood, you shall be our guide. I want you to show the way.

গ্রিমুড – Ready sir. Besides showing the way, I myself will join the fight.

কুইন্টন – Then, ready to start. Colonel, let your soldiers commence starting.

(চিফ কমিশনার কুইন্টগী হুকুম ফংবদা, কর্নেল স্কিননা সালাম তৌরগা হনদোকখি। অদুদগী হুইসেল অমা থোংবদা mark time তৌই, অনি শুবা হুইসেলদা সিপাইশিং অদু লম্বিরোমদা মমাই লৈ, অদুদগী অহুম শুবা হুইসেলদা মশামক্রা মাং থাদুনা সিপাইশিংগা মপানলোমদা থোকমিন্নখি, কুইন্টন অমসুং গ্রিমুড় মখোইগী মতুংদা ইন্নখি।

শিন থদাবা।

# ২শুবা অঙ্ক।

## ৪ শুবা দৃশ্য।

## শংগাই মাঙ্গোল। (অহিং)।

(মৈ হেক ঙানবগা, নোংমৈ দ্রং দ্রং কাপ্পা, মখোন অদু তাবদা, তুম্নুবদগী মহারাজ কুলচন্দ্র য়াম্না ফিংনা মপান্দা চেনথোরকপা অমসুং য়াম্না ঙক্লা কোয়েং য়েংবা, মরক মরক্তা নোংমৈ কাপ্পগী মখোন মতম অসিদা থাং-তা পাইবা থৌগন মী খরা চেনশিল্লকপা)।

কুলচন্দ্র — (মনাইশিংদা ফিংনা) করিগী নোংমৈনো ?

মনাই অমা — সাহেবশিংনা স্নাকোনুং কোইথ্রে, আজ্ঞা।

কুলচন্দ্র — সাহেবশিংনা লান তারক্লবা ? অদুদি কোনুংদা লৈরিবা নুপী অঙাং, শন-ব্রাহ্মনশিং অসিদি করম তৌগনি ? মতম অসিদা ঐহাক্কী ইনাও যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ মফম কৈদা চৎখ্রে ?

মনাই — আজ্ঞা, ননাও ইবুংঙোদি লানথোং য়াম্না কন্না শিনবা লাক্লহৌরি।

কুলচন্দ্র — (থবাই হায়ফেৎ নুংঙাইজদুনা) যুবরাজনা লানথোং শিলহৌরিবা ? (থাঙ্গাল থুনা চংলক্লগা খুরুম্বা)। ইপু মেঙ্গর।

থাঙ্গাল — আজ্ঞা, স্নাপুকনিংদা করি অমত্ত নাচুংবিগনু। ননাও ইবুংঙোশিংনা য়াম্না কন্না কোনুং ঙাক্লি। সাহেবশিংনা ইলাই লাইনা কোনুং চংবা মতিক নত্তে, আজ্ঞা। (নোংমৈ দ্রং দ্রং কাপ্পা)।

কুলচন্দ্র — ইমুং, অসিদা অসুম লৈগদবগী শরুকপুদি, থুনা চুৎতুনা ইনাওশিংগী মতেং পাংনবা থৌরাং তৌরুসি।

থাঙ্গাল — স্নাপুকনিং তপথবিয়ু, আজ্ঞা। ননাও ইবুংঙোশিং লৈরিঙৈদা, শ্রীযুৎ ইবুংঙোনা করিগীদমক্তা লানফমদা লেংসিনগদগে ? ননাই ইপুবুসু শ্রীযুৎকী স্নাথৌগনগীদমক, ননাও ইবুংঙো যুবরাজনা থারকলিবনি। (নোংমৈ দ্রং দ্রং কাপ্পা, ময়াম ঙক্লা য়েংনবা, মতম অসিদা যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ খোংথাং থুরপনা চংলক্লগা, নিংথৌ খুরুম্বা)।

কুলচন্দ্র — (ফিংনা) যুবরাজ, য়েক্লবগী খোংচৎ থিংবা ঙমদ্রবরা, ইবুংঙো ?

টিকেন্দ্রজিৎ — স্না পুকনিং তপথবিয়ু, আজ্ঞা। য়েকনবশিংনা হৌজিক লৈরিবা মফম অদুদগী, খুবৈ অমা ফাওবা হেনজিল্লকপা ঙমদ্রি। মখোইগী মরমচৎ ব্যবহার উবদা, ননাইনা চিংনজদুনা, মাংজৌননা থৌরাং তৌজহৌবনা ননাইনা লাকচবনি। স্না কোনুংদা ইলাই লাইনা চংবদি, ফনা খুকন-পাঙ্গল্লবসু মখোইগী মতিক লৈতে আজ্ঞা। অদুদা ......।

কুলচন্দ্র — অদুদা হায়রগা করিগী পল্লি ? হায়য়ু, ইয়াম্বগী ইফমদা মখা অদু, থুনা হায়য়ু, যুবরাজ। নংগী বাদু তানিংবনা, ইয়াম্বগী পুকনিং অসি লাংতকনরে।

টিকেন্দ্রজিৎ — আজ্ঞা, খুৎশু-খুৎলাইনা ফবা হেনখিবনে, অদুগীসু মথক্তা মনাইশিংনা অশিংননা লানগীদমক্তা লাকপনিনা, কুইশিল্লক্লবদি, ননাই ঐখোইগী খুদোং চারক্তবসু য়াই। মরম অদুনা মতম লৈরিঙৈ অসিদা, ইনাওশিংনা কোনুং ঙাকহৌরগা, ননাই ঐনা নাকোই চৎতুনা, য়েক্লবশিংবু মাইথিবা পিনবা লাক্লজগে হায়না, স্নায়াথং লৌজগে লাকপনি, আজ্ঞা। (নোংমৈ দ্রং দ্রং কায়া)।

কুলচন্দ্র — নত্তে নত্তে ইবুংঙো, অদুগুম্বা য়াথং ইয়াম্বনা পিবা ঙমলোই। মমলবা অহিং অসিদা, অসুক য়ামথ্রবা মালেসা তেঙ্গোল মরক্তা, ইনাওবু মতৌ করম্না, ইয়াম্বনা চৎলু হায়না থাগনি ?

টিকেন্দ্রজিৎ — স্না পুকনিংদা করি অমত্তা চিংনবিগনু, আজ্ঞা। মৈতৈ সনা লৈপাক্তা, লান-তাবা অরাইবা থবক নত্তে হায়বসি, ঙসি য়েক্লবশিংগী থম্মোইদা, ঐগী ঈথৌলাংলবা থাংগী তুম্লবা মচিম্না, ময়েক লানা ইজরমগে, আজ্ঞা। অদুগা করিগুম্বা খুদোং থিবা থোক্লবসু, শিবা লম্মন তোল্লবা, তাইবং মপোক অসি, মৈতৈ পোকপী ইমাগী মশুংলাংগীদমক, লানফমদা মাই ওনবা তৌদনা, নোক্লা নোক্লা য়াইবী থবাই অসি কৎথোকচরম্লগে। ননাইবু থামবিরগনু, আজ্ঞা। করিসু লৈত্রবা

মীঁরেপাক্কী তেঙ্গোল মচা অমা লাক্লগা, মৈতে ম্না লৈপাক্তা লান-তাখি হায়বসি, ফনা ইকাইবা য়াবা থবকনিনা, আজ্ঞা। ননাই ঐহাক চৎচরে, আজ্ঞা। (খুরুম্নগা চৎপা হৌবা)।

থাঙ্গাল — যুবরাজ।

টিকেন্দ্রজিৎ — (লেপলগা) করি তাকপিনিংবা লৈবগে, ইপু ?

থাঙ্গাল — ইবুংঙো, ঙসিদি যুবরাজগী থৌগন, ননাই ইপু তৌজগে। রনগঙ্গাগী ঈ থকপা ফংজদবা, ননাই ইপুদি মতম কুইরেদা, যুবরাজ। অহল ফনা ওইদুনসু, থাঙ্গাল মেঞ্জরনা, যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎকী মায় চোপ্পা থবক্তি কৈদৌঙেদসু তৌজরমলোই। মরম অদুনা যুবরাজ, ঙসি মালেসা হাকথেংনবগী থৌগন অসিদদি, ননাই ইপু ফংজরগেবা, ইবুংঙো।

টিকেন্দ্রজিৎ — ইপু, ইপুনা নশু ঐহাক্কী ইনাক্তা লৈবিরবদি, করিসু লৈত্রবা মালেসা তেংগোল অসিদি, মিৎনা কুপ্পদা, টিকেন্দ্রজিৎ ইমাংদা তুমগনি হায়বা খংই। অদুবু ইপু, ইশু-ইপু পুম্না চৎলবদি, ম্নাথৌগন কনাসু লৈহৌদ্রে। মরম অদুনা ইপু, ঙসিগী লানফম অসিদি, নশুগী থৌদাং ওইজরগে। ইপুনা শ্রীযুৎ ইবুংঙোগী ম্নাথৌগন তৌবিহৌরো। (নোংমৈ দ্রং দ্রং কাপ্পা) ইপু, ঐহাক চৎলে। (যুবরাজ থুনা চেনথোকখিবা অমসুং মাইকৈ অনি নোংমৈ কাপনবগী মখোন তোইবা হেনবা, নিংথৌনা চিংবা ময়াম নোংমৈ কাপনরিবা মাইকৈ অদোমদা মিৎ কুপ্পা লৈতনা য়েংবা)।

কুলচন্দ্র — মহাকপু ইনাও ওইনা ফংজবা, কুলচন্দ্র ঐহাক অসি কয়াদা লাইবক ফগ্রবা ? (য়াম্না ফিংনা) নত্তে নত্তে ইপু, য়াম্না থুনা ইনাওগী মতেং পাংবিরু। ঐহাক্কী ইনাও টিকেন্দ্রজিৎ শোইবা য়াবা নত্তে, ইপু।

থাঙ্গাল — ম্নাপুকনিং তপথবিয়ু, আজ্ঞা। করিসু লৈত্রবা মালেসা খুজোক অসিনা, ননাও ইবুংঙোবু মাইথিবা পিবা কৈদৌঙেদসু ঙমলোই। (নোংমৈ দ্রং দ্রং কাপ্পা, থাঙ্গাল মপানলোমদা য়েংলগা তুজুং হরাওনা) ম্নামিয়েং অমুক্তা তাবিয়ু, আজ্ঞা।

হরান লাম্নাদা, অমম্বদা হৈনরম্বা মালেসা তেঙ্গোল, ইনুংগী সোরা ঙাল্লক্লবা অসিদা, ননাও ইবুংঙো যুবরাজগী মমাংদা খাংবা য়াদ্রদুনা, শমজি খাইরগা মাইকে মরিদা চেন্নরে। (নোংমৈ দ্রং দ্রং কাপ্পা, ময়াম হরাওনা য়েংনবা)।

লাম্মি ময়াম – (off scene দগী) জয় জয় মহারাজ কুলচন্দ্রগী জয় জয় জয় যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎকী জয়। (নিংথৌনচিংবা ময়াম য়াম্না হরাওনা য়েংনবা, মতম অসিদা সাহেবশিংনা লান লেপলসি হায়বগী মরোলদা বেংগুল অহমলক খোংলকপা)।

কুলচন্দ্র – (হরাওনা) লান লোইরে। ঐখোইনা জয় ওইরে। খুকন-পাঙ্গল্লবা মালেসাশিংবু, ঐহাক্কী ইনাও টিকেন্দ্রজিৎনা মাইথিবা পিদুনা, মৈতৈ পোকপীগী ইকাই খুম্নবা ঙাক্লে। পিক্লবা মৈতৈ সনালৈপাক্তা অকনবা ব্রাত্তে হায়না, মৈতৈগী মৈহৌরন্দা ময়েক লানা ইদুনা লৈহৌরগদবনি। হা হা হা।

থাঙ্গাল – (মপানলোমদা য়েংলগা হরাওনা) লানঙম ফিরান হায়গৎতুনা, ননাও ইবুংঙো যুবরাজ, ম্লাকোনুং তল্লকলে, আজ্ঞা।

কুলচন্দ্র – (মাইকে অদুদা য়েংলগা, হরাওনা) যুবরাজ, ইয়াম্বগী ইবুংঙো, লাও, ইয়াম্বা অমুক্তা কোনগে লাও। (টিকেন্দ্রজিৎ হরাওনা চেনশিল্লক্লগা খুরুম্বা, নিংথৌনা মনাওবু কোনবিবা) ইবুংঙো, ঙসি নহাক্না নরৈপাক্কীদমক্তা থব্রাই থাবা পাম্মুবা লৈতনা, অকনবা লাঞ্জাও থেংনরুরগা, মাই পাক্তুনা হল্লকপা অসিদা, ইয়াম্বগী পেনবগী লোইরে। (ঙকশমদগী লিক্লাং পরেং লৌথোক্তুনা) নহাক্কী নথৌনাগী মনাগী মশক ওইনা, ইয়াম্বগী লিক্লাং পরেং অসি, নহাক্কী ঙকশমদা ইয়াম্বা হক্কে, যুবরাজ। (টিকেন্দ্রজিৎ খুরুখুদক কুনথবা, নিংথৌনা লিক্লাং পরেং হুকপিবা অমসুং যুবরাজনা খুরুম্বা)।

থাঙ্গাল – যুবরাজ, মীচেন মালেসাশিংদি কদায় য়ৌগ্রে ?

টিকেন্দ্রজিৎ – ইপু, অদুগী মরম ম্লাচরন্দা হংগৎচগে হায়না, ঐহাক লাকচরিবনি।

কুলচন্দ্র – হায়য়ু যুবরাজ, মখোইগী মরমদা করি বা লৈবগে ?

টিকেন্দ্রজিৎ – আজ্ঞা, ঐখোইগী বাঝাই লোইশংদা, ননাইশিংনা হৌজিকমক দরবার অমা তৌবা পামই, আজ্ঞা।

কুলচন্দ্র – (ঙহাক খল্লগা) ইপু মেঞ্জর, বাফম অসি ইপুগী পুকনিংদা করি থোকপগে ?

থাঙ্গাল – আজ্ঞা, ননাইশিং অসিনা মরৌ লৈবা জাতি অমা ওইবা অসিদা, ননাই ইপুদি খরা চিংনজে, আজ্ঞা।

টিকেন্দ্রজিৎ – ইপু অদুগীদমক চিংনবিগনু। মখোইগী মরৌ চমনবা ঐহাক্না শিনগনি। বাঝাই লোইশংগী অকোয়বদা খুৎলাই পাইবা মৈতৈ সিপাইশিংনা ঙাক শেনগনি। অদুগা খুৎসু-খুৎলাই মশাদা পক্কবা মালেসা মরি মঙা নৎতনা,অতোপ্পা খোংমি লাম্মিদি দরবারশংদা চংহনবদি হায়রুগনু, মপান্দা ফাওবা লৈবা য়ারোই হায়গনি।

থাঙ্গাল – অদুমকপু যুবরাজ, হন্দক্কী দরবার অসি, শ্রীযুৎ ইবুংঙো লেংথোকপদি, ইপু কয়া পামদে।

টিকেন্দ্রজিৎ – অদুমঙাই ইপু। শ্রীযুৎ লেংথোকত্রবসু, ইশু ইপু চৎলগা লোইরে।

কুলচন্দ্র – ফরে অদুদি, নশু নপু চৎনবা থৌরাং তৌরুরো। (থাঙ্গাল, টিকেন্দ্রজিৎ খুরুম্লগা থোকখিবা, মহারাজ য়েংদুনা লৈহৌবা)।

শিন থাদবা।

## ২শুবা অঙ্ক।

## ৫ শুবা দৃশ্য।

## লম্বি।

(প্রজা খরনা যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎকী মগুণ থাগৎতুনা হরাওনা ঈশৈ শক্তুনা চংলকপা)।

ঈশৈ।

জয় জয় মণিপুর মনি
জয় জয় টিকেন্দ্রজিৎ।
ভারতকী নোংপোক চিদাইদা
পিকলবা মৈতৈ লৈপাক্তা
তোমখিন ঙানবা নুমিৎতো
জগৎশিন্না ফাওখরেদো।
লৈরাংগুম্বা মপুকচেল
নোংশাগুম্বা মথৌনা
শিনখরে মাইকৈ শালাই তরা
নিক্তুনা খাংলে মালেসা তেঙ্গোল।
মৈতৈ য়োকপা শ্রীগোবিন্দ
নিজরি নংগী রচণ খাদা
পুন্সি তোলোইবা যুবরাজ
তৌবিয়ু কৃপা লাইনিংথৌ-ও।

(ময়াম ঈশৈ শক্লা শক্লা থোকখিবা)।

**শিন থাদবা।**

## ২শুবা অঙ্ক।

## ৬ শুবা দৃশ্য।

## বাঝাই লোইশং। (দরবার হোল)।

(নিংথিবা টেবিল অমা থাদুনা লৈবা, অকোয়বদা চৌকি মঙা-তরুক থাবা, নোংমৈ পাইবা শম্রি অনিনা নাক অনিদা শম্রি তৌদুনা লৈবা, টিকেন্দ্রজিৎ, থাঙ্গাল ফমদুনা লৈবা, মৈ হেক ঙানবগা শম্রি অমা মপান্দগী চংলক্লগা থুরুম্বা)।

শম্রি – সাহেবশিং মপান্দা, ম্নায়াথং ঙাইদুনা লৈহৌরি, আজ্ঞা।

টিকেন্দ্রজিৎ – মখোইগী মশাদা য়াওবা খুৎলাইমখৈ লোইনা লৌথোকহৌরগা চংহল্লকপা য়াগনি। (শম্রি থুরুম্লগা থোকখিবা অমসুং কুইন্টন, গ্রিমুডনচিংবা সাহেব মরি অমসুং বেংগুলদার অমা চংলকপা, যুবরাজনা হরাও হরাওনা রিশিভ তৌবা) সাহেব, চৌকি অসিদা লেংসিনবিয়ু। (সাহেবশিং চৌকিদা চংদুনা ফম্বা অমসুং বেংগুলদার তুং ওইরপনা লেপ্পা) সাহেবশিংনা তাকপিনিংবা পুম্বা চিংনবা লৈতনা ......।

কুইন্টন – Jubaraj Saheb, Raja Bahadur will not attend this Darbar ? রাজা বাহাদুর য়াওরোই ?

টিকেন্দ্রজিৎ – সাহেব, শ্রীযুৎতি লেংথোক্লকরোই। সাহেবশিংনা হায়বিনিংবা পুম্বা, ঐহাক্না ঙাংনবা য়াগনি।

কুইন্টন – Jubaraj Saheb, to come to the real point, it's bad to invite a bloody massacre in war. ঐখোই লড়াই তৌদুনা, মী শিবা ফংতে।

টিকেন্দ্রজিৎ – (নোক্তুনা) সাহেব, হন্দক্কী লান অসিগী দায়ীবু কনানো ? ঐখোইরা নত্রগা নখোইরা ? ঙরাং সাহেবশিংনা হরান-লান্না তৌদ্রিঙৈগী মমাংদা ঙসিগী বাফম অসি তারম্বা

থোক্লবদি, সাহেবশিংবু ঐনা য়াম্না থাগৎলমগদবনি। হা হা হা। (সাহেবশিং তুমিন্না লৈবা)। মী অমগী মবা তারগা, অচুম অরানদি থিদবা, তৌবা ঙম্বা জাতিনি, খুকন পাঙনবা নখোইনি হায়না, নাপল তৌদুনা, মৈতৈ লৈপাক্তা নখোইনা লান তারবা নত্রা ? হৌজিক্তি নখোইগী নাপল অদু কদায়দা চৎখ্রে ? তাও সাহেব, ঙসি নখোইগী ফীবম অসিনা, করিগুম্বা মৈতৈ ঐখোইগী ওইরম্বশিং থোক্লবদি, নোনজবা, হায়জবা অদুগী মহৎতা লানফমদা থবাই অসি নোক্লা নোক্লা থাদোক্লগা, ঐখোইনা ক্ষেত্রিগী মগুন চপ চানা উৎলমগদবনি। ফরে অদুবু, ভারতকী মপু ওইরিবা মালেসা জাতিনা, ঙসি মৈতৈগী মফমদা হায়জবা, নোনজবা অসি, ঐখোইগী ইকাই খুম্নফমগী মশক্নি। সাহেবশিংগী অপাম্বা ননিংথুংনা হায়বা য়াগনি।

কুইন্টন – Jubaraj Seheb, Away with all internal feuds and quarrels; let us be friends. ঐখোই মরূপ ওইসি।

টিকেন্দ্রজিৎ – হা হা হা। মরূপ ওইবা ? সাহেব, পুংজা খুদিংগী ৱাঙাং হোংবা, নখোইগী নপুকচেল ঐহাক্লা মতৌ করম্না থাজবা ঙমগনি ? স্বর্গীয় শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্ত্তি স্নাহাক্তক্তা, নখোই ঐখোই "মিত্ররাজ্য" ওইসি হায়না লেপনখিবা নত্রা ? অদুগুম্বা ৱারেপ অদু কনানা থুগাইবনো ? নখোইনরা নত্রগা ঐখোইনরা ?

কুইন্টন – Jubaraj Saheb, don't be angry, please. মহারাজ সুরচন্দ্রবু বিশ্বাস তৌরে, ঐখোই সরম ফংলে।

টিকেন্দ্রজিৎ – (নোক্তুনা) হা হা হা। সাহেব, মতাং অসিদসু নখোই মিনম্বা ঙাংলে। মহারাজ সুরচন্দ্রবু থাজরুবননি হায়দ্রবসু, মালেসা নখোইগী কান্নবা, ওইজবা য়েংবদগীনি হায়না, অশেংবা হায়দোকপা ফৈ, সাহেব। হা হা হা।

কুইন্টন – (শাওরপনা) যুবরাজ সাহেব, ৱা য়াম্না ঙাংবা, কান্নবা লৈতে। ঐখোইনা request তৌবগী জবাব, থুনা পামই।

টিকেন্দ্রজিৎ — শাওগনু সাহেব। অচুম্বা হায়বগীদমক করি শাওফম লৈবগে ? সাহেব, অশাওবদগী মী মাংবনি, খংঙু। নখোইনা ঐবু হাপ্তা বাঙ্গালাদা লাক্তে হায়না শাওবদগী, হুরান-লান্না তৌরুবনা, হৌজিক্তি করি থোক্লে ? হা হা হা।

কুইন্টন — Jubaraj Saheb, instead of করেম্নবা, ঐখোইবু তানথোকপা ফৈ।

টিকেন্দ্রজিৎ — সাহেব, নখোইবু করেম্নবা নত্তে। নখোইগী জাতি অসিবু, ঐনা থাজবা ঙমদদুনা তৌবনি।

থাঙ্গাল — অচুম্বনি সাহেব, নখোইবু থাজবা য়াবা মরম করি অমত্তা লৈতে। ঙরাং অহিং জগোই রাস য়েংলগা, ঙসি অয়ুক ইম্ফাল থাদোক্কনি হায়না, ঐহাক্কী ইমাংমক্তদা নখোইনা হায়খিবা নত্রা ? হা হা হা। নোংমদোন অতিয়াদা ঙানথোইরিবা কোরৌহনবগী মিৎলৈ য়েংদুনা, পুংজা খুদিংগী মচু ওনবা, লৈচিন-নোংফাইগুন্নবা, নখোইগী নপুকচেল অদুবু, তাইবং কনানা থাজবা ঙমগনি ?

কুইন্টন — Major Saheb, for that ঐখোই লাললে agree তৌরে। Now let us be friends, ঐখোই মরূপ ওইবা পামই।

টিকেন্দ্রজিৎ — সাহেব, হৌজিক ঐনা হায়বা ৱা অমা, নখোইনা য়ারবদি, নখোইবু ঐনা থাজবা ঙমগনি।

কুইন্টন — যুবরাজ সাহেব, হায়বা য়ানি। নখোইগী বিশ্বাসকীদমক I will listen to you নংগী ৱা তাগনি।

টিকেন্দ্রজিৎ — অদুদি ঐহাক হায়রগে তারো। সাহেব, হন্দক নখোইনা পুরকপা রাইফল, তোপ, নোংমৈনা চিংবা খুৎসু-খুৎলাই পুন্নমক ঐখোইগী ইখুৎতা থন্নবদি, নখোইবু ঐনা শোইদনা থাজবা ঙমগনি অমসুং নখোইনা মরূপ ওইসি হায়রিবদু ঐহাক্না শোইদনা ইনগনি।

কুইন্টন — Jubaraj Saheb, that is impossible. Because soldier শিংগী খুৎলাই পিথোকপা দস্তুর লৈতে । And moreover খুৎলাই অসি Queen Victoria গী property নি ।

থাঙ্গাল — যুবরাজ, ননাইশিংগী মপুকচেল অসি কয়া শেংদেদা । ননাই ইপুগী বাখলদদি, মৈতৈ পুরান্দা য়াওবা– "শা মাংদা অঙৌবা মকোক কেনগনি" হায়বদু গুসি থোক্লেদা । মরম অদুনা তান চারিঙৈ অসিদা, ননাইশিং অসি অঙাং ওলহন্নবা ...... ।

টিকেন্দ্রজিৎ — নত্তে নত্তে ইপু, অদুগুম্বা বাখল খনবিবা চুমদে । য়েক্লবা ফনা ওইদুনসু খুৎলাই য়াওদবা মীদা খুৎলাইনা থাবা হৌনদে । মখোইসু অফোংবা লানফমদা মতিকচাবা খুৎলাই পাইদুনা লাকখিসনু । মতম অদুদা মৈতৈ মচাগী মথৌনা চপ চানা উৎসি, ইপু । (মতম অসিদা অথাপ্পদা প্রজা খরা নিনখোংবা তাদুনা য়েংবা) ইপু, লাক্লিবশিং অসিবু কনা কনানো ? (ময়াম য়েংবা) ।

থাঙ্গাল — (মাইকৈ অদুদা য়েংলগা) ইবুংঙো লানফমদা মচিন-মনাও, মচা-মশু শিগ্রবা, নিংবা কাইরবা মৈতৈগী অকল-অথৌশিং ওইগদবা মালেনা, যুবরাজ ।

টিকেন্দ্রজিৎ — (শত্রিদা য়েংলগা) নখোই য়াম্না চেকশিন্না ঙাকদবনি । মফম অসিদা কনাসু চংবা য়ারোই ।

প্রজা অমা — (offf scene দগী) হৌজিক দরবার তৌবা য়ারোই । ঐখোইগী ইচিন-ইনাও, ইচা-ইশুদি লানফমদা মথৱাই থাগ্রগা, সাহেবশিংনা হিংবা ঐখোইনা কৈদৌঙেদসু য়ারোই । খুদক অসিমকতদা মখোইগী মথৱাই লৌগদবনি ।

থাঙ্গাল — ইবুংঙো, প্রজাশিংগী থম্মোই কাইরবা খোল্লাও অসি তাবিয়ু । মখোইবু কৈদৌঙেদসু থাম্বা য়াররোই । প্রজাশিংগী মনিং থুংনবা, ননাইশিং অসি লানথোকখিবনা ফরগনি, যুবরাজ ।

ময়াম – (off sence দগী) সাহেব হাৎলু, সাহেব হাৎলু।

কুইন্টন – (ইরাং অদু উবদা ফিংনা) Bugler, blow the bugle quickly. (বেংগুলদারনা বেংগুল খোংগে তৌবদা, মৈতে শস্ত্রি অমনা নোংমৈ গুণ্ডনা ফুবদা তুবা, মৈতে লাম্মী ময়াম চেনশিল্লক্তুনা ইলাং লাংবা)।

থাঙ্গাল – (ফিংনা) যুবরাজ! (খান্বা য়াররোই উদুনা যুবরাজনা থাঙ্গালদা মিৎনা ঈঙ্গিৎ তৌবা)। নখোইগী ননিং থুংনবা সাহেবশিং অসি শামাংদা পুথোকখ্রো। (সাহেবশিং কোইচেন চেনবা, মৈতে লাম্মিশিংনা সাহেবশিংবু ফাবোই কোনবোই পুথোকখিবা, থাঙ্গাল ইন্নখিবা, যুবরাজ য়েংদুনা লৈহৌবা।

ড্রোপ।

## ৩ শুবা অঙ্ক।

## ১বা দৃশ্য।

## কোনুং (শংগাই মাঙ্গোল)।

(কুলচন্দ্র মহারাজ চিন্তা তৌদুনা ফম্বা, থৌগন মনাই খরনা নিংথৌগী অকোয়বদা তুমিন তুমিন মরাই লুকতুনা লৈবা, মৈ হেক ঙানবগা থাঙ্গাল মেঞ্জর চংলক্লগা খুরুম্বা)।

কুলচন্দ্র — ইপু মেঞ্জর, খোংজোম লানফমগী করি পাও তাবগে ?

থাঙ্গাল — ঙসিগী থোইদোকপা অনৌবা পাও লাকত্রি, আজ্ঞা (নিংথৌ চিন্তা তৌদুনা মাই লুকথদুনা লৈবা) আজ্ঞা, ঙসি মঙানি তরানি অসি, স্না মাইথোং য়াম্না লাংশিন্না উববু, করম্বা স্না পুকনিং .......... ?

কুলচন্দ্র — ইপু তিংখং মথক্তা মীওইবা কনানা মপুকনিং লৈতানা ফম্বা ঙমগদবগে ?

থাঙ্গাল — আজ্ঞা, তাকপিরিবা ৱাফম অসিবু, ননাই ঐখোইনা চিফ কমিসনারনচিংবা সাহেব খরা হাৎলুবদগী, মণিপুরগী মাইকৈ অহুমদা, মালেসা তেঙ্গোলনা লান তারক্লে হায়বা অদুগীদমক্তা ..... ?

কুলচন্দ্র — মানি ইপু, পাও অদুনা ঐহাক্কী পুকনিংবু ঙহাক্তা তপথনা লৈবা ঙমহনদ্রে। মাইকৈ অনিগী হায়বদি অৱাং-নোংচুপ লম্বিদা লাকপা মালেসা তেঙ্গোল ঙসি ফাওবা, তম্পাক তারক্লিবা অসি ফাওবদা মখা থংবা পলেল লম্বিদা লাকপা, মালেসা তেঙ্গোলবু ঐখোইনা থিংবা ঙমদ্রি। মখোইবু থিংনবা লাক্লবদা, মপাঙ্গল মথৌনা লৈরবা, নুংশিরবা প্রজা কয়া য়াইবি থৱাই মাংখ্রে। পোইরে মৈতৈ লৈপাক্কী চাওথোকচফম ওইরবা, য়াইস্কুল লাকপা মপামচা, থৌবাল অথোকপমদা খাংউথক্তা কেমখ্রে। অসিগুম্না লৈপাক্কী মরাই চাইথরকপা অসি উরগা, নিংথৌ ঐহাক্লা মতৌ করম্না তপথনা লৈবা ঙমগদগেনে, ইপু ?

থাঙ্গাল — স্নাবুদ্ধি মুন্না তৌবিয়ু আজ্ঞা। পোল্লবদি শিবা লমন তোল্লবনি। শিগদবা লৈরবা থবাইবু, মরৈপাক্কী য়াইফনবগীদমক, লানশোক-লানথেংনদুনা সনাতোন ধর্ম্ম তানজবদি, য়াম্না মরাইবক ফবনিনা, আজ্ঞা।

কুলচন্দ্র — চুমই ইপু, লানশোক-লানথেংনবা হায়বসি, ক্ষেত্রিমচা ঐখোইগীদি শানবা মখল অমনি। অদুবু ইপু, নোমজমনদি কান্নদা, মণিপুর সনা লৈপাক্কী লৈতেংগী মশক ওইরবা, অকনবা-অথৌবা কয়ানা, চহি মতাং চাদনা, নোংগাখিবগী পাও তাবদা, নিংথৌ ঐহাক্কী পুকনিং অসি, মিকুপ অমা ফানা, তপথনা লৈবা ঙমদ্রেনে, ইপু।

থাঙ্গাল — স্না পুকনিং তপথবিয়ু, আজ্ঞা। পুন্নমক বিধিগী নোংদমনি। খোইয়ুম বিধি নোংদম্বাগী মিৎলৈ নাৱৈ য়েংদুনা, তাইবং মীওইনা চৎচবনি, হৌনশানি, আজ্ঞা। (মতম অসিদা যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ মাইথোং মক্লা চংলক্লগা খুরুম্বা)।

কুলচন্দ্র — যুবরাজ, করি পাও লৈ ?

টিকেন্দ্রজিৎ — আজ্ঞা ! (বা মখা তাবা ঙমদবা)।

কুলচন্দ্র — করিগী পল্লি ইবুংঙো ? হায়য়ু, থুনা হায়য়ু, যুবরাজ।

টিকেন্দ্রজিৎ — আজ্ঞা, খোংজোমগী লানফম ..........।

কুলচন্দ্র — (ফিংলপনা) মালেসানা জয় ওইখ্রে। নত্রা যুবরাজ ?

টিকেন্দ্রজিৎ — মানি আজ্ঞা। মেঞ্জর পৌনা ব্রজবাসি, চোংথা মিয়ানা চিংবা, মৈতৈ অথৌবা কয়া, মরোপাক্কীদমক্তা নোক্লা নোক্লা, খোংজোম তুরেল তোর্ব্বান্দা, মশাবু মশানা বলিদান তৌখ্রে হায়বা পাও, য়ৌরক্লে আজ্ঞা। (পাও অদু তাবদা ময়াম মমাই লুকথদুনা, ঙহাক তুমিন তুমিন লৈবা)।

কুলচন্দ্র — (থম্মোই কাইনা) মৈতৈগী অকনবা অথৌবা পুম্বা তুমশিল্লক্লে। খংলে, ঐহাক থক্তা নুংশিরবী মৈতৈ পোকপীবু মীথা পোল্লু হায়না .......।

টিকেন্দ্রজিৎ — আজ্ঞা, করিগীদমক্তা স্নাপুকনিং অদু য়ৌনা হঙ্বিরিবনো ? ননাই টিকেন্দ্রজিৎ ঙসি ফাওবা হিংলিনা, আজ্ঞা। ননাই ঐহাক মালেসাগী লানফমদা চংগনি। ননাইগী হকচাংদা ঈ লিক্লা অমত্তং পকলিঙৈদা, মৈতৈ পোকপীনা মীখা পোনবদি, ওইথোক্তবা থবকনি। স্নায়াথং পিবিয়ু আজ্ঞা, নাপল চাওরবা, মশাগী ওইজবতা য়েংবা মালেসা তেঙ্গোলবু, ননাইনা মণিপুরগী লোইখম লায়া তানথোক্কনি। চুন্না তানথোকপদা নত্তে। পোইরে মৈতৈ লৈপাক্তা, লানশোক লানথেংনবা হৌরুরবদি, কৈদৌঙৈদসু মথরাই পুদুনা হনখিদে হায়বসি, জগৎকী মীপুম খুদিংমক্কী মমিৎতা য়ান্না শেংনা উৎলমগদবনি। স্নায়াথং পিনবিরো। (খুরুখুদক কুনথবা)।

কুলচন্দ্র — যুবরাজ মৈতৈ পোকপীগী ইকাই-খুম্নবা ঙাকপগী ভার, নঙোন্দা শিন্নরবনি, ইয়াম্বগী ইবুংঙো। অদুগা যুবরাজ, হন্দক্তি ইনাওবুদা থাদোকপা তৌররোই। ইয়াম্বসু মালেসাগী লানফমদা চংগনি। ইশামক য়াওনা, নুংশিরবী পোকনফম লমদম মৈতৈ লৈমাগী ইকাই-খুম্নবা ঙাকনবা লাকনাগনি। ঙমদ্রগা ইমাগী মশুংলাংগীদমক্তনি, নোক্লা নোক্লা মচাগী য়াইবি থরাই অসি কৎথোক্লম্লগে।

থাঙ্গাল — নত্তে নত্তে আজ্ঞা, অদুগুম্বা স্নায়াথং তাকপিগনু। স্নাকোনুংগী চেং-চাকতনা চাওজরক্লবা থাঙ্গাল মেঞ্জর ঙসিফাওবা হিংলিনা, আজ্ঞা ননাই থাঙ্গাল হিংলিঙৈদা শ্রীযুৎ ইবুংঙোনা, করিগীদমক্তা লানফমদা স্নাখোং লেংগদগে ? নুংঙাইনা স্নাকোনুংদা পোত্থাবিয়ু, আজ্ঞা। ননাও ইবুংঙো যুবরাজগী থৌগন, ননাই ইপুনা তৌগনি। মালেসাশিং অসি কন্না অমুক মথৌনা মপাঙ্গল লৈবা জাতিনো হায়বদো, হন্দক তাইবংপান্না খংহৌ, উহৌরসনু। আজ্ঞা, হনুথংদা ননাইনা পংঙাং ঙাংজবনি হায়না, স্নাপুকনিংদা চিংনবিগনু। অহল ওইজরবসু, থাঙ্গাল মেঞ্জরগী পাম্বোম ঙসি ফাওবা ময়েং তাদ্রি, আজ্ঞা। স্নায়াথং পিনবিয়ু, ননাও ইবুংঙোগী থৌগন, ননাই ইপু ফংজগে, আজ্ঞা। (খুরুখুদক কুনথবা, মতম অসিদা সিপাই অমা ফিংলপনা চংলক্লগা খুরুম্বা)।

কুলচন্দ্র – (সিপাইদা) করি পাও লৈ ?

সিপাই – আজ্ঞা, নোংচুপ লোমদা লাকপা মালেসা তেঙ্গোল, ইম্ফালগী সিমানা নকলে হায়বা, পাও য়ৌরক্লে, আজ্ঞা।

কুলচন্দ্র – (ফিংনা) নোংচুপকী তেঙ্গোল য়ৌরক্লবা ? (ময়াম চিন্তা তৌবা)।

টিকেন্দ্রজিৎ – (সিপাইদা) নহাক চৎখিবা য়ারগনি। (সিপাই থোকখিবা)। ইপু, হৌজিক করি উপায় ...... ?

থাঙ্গাল – যুবরাজ, লানফম অনি থোক্লা থেংনবা য়াবা লাম্মি লৈতবা অসিদা, ইপুসু জ্ঞান মমলে।

টিকেন্দ্রজিৎ – ইপু, লাম্মি লৈবা লৈতবা, লানদি থেংনদবা য়াদ্রবনি। অদুনা অরৈবা লাম্মি অসি অনি থোক্লা খাইদোক্লগা অমনা ইপুগা লোইনবিরো, অমনা ঐহাক্কা লোইনরগে। ইপুনা অহলনি, কদোমথংবা মাইকৈদা লেংবিগে হায়বগে অপাম্বা অমা খনবিয়ু।

কুলচন্দ্র – নত্তে নত্তে যুবরাজ, ব্রাখল অদু লাল্লে। থবক্তি পাংহৌদনা অরেম্বদা প্রজা শিহন্বা ফৎতে। ইয়াম্বগী ব্রাখলদদি– ঐখোই মতম খরা থুপ্নুনা লৈরগা, মনুংদা মতিক চাবা লাম্মি শেমগৎতুনা, তাঞ্জা য়েংলগা মখোইগী মথক্তা লান তাবা পামই। ইপুসু অমুক্তা খন্থদুনা য়েংবিয়ু।

থাঙ্গাল – যুবরাজ, শ্রীযুৎ ইবুংঙোনা তাকপিরিবা অসিনা, মতমগা চুনগদবা মাল্লেনা, ইবুংঙো।

টিকেন্দ্রজিৎ – মতম খরদং ওইরবসু, মৈতৈ পোকপীবু ইমিৎনা উনা উনা মীখা পোল্লহনবা ? নত্তে নত্তে ইপু, অদুগী মহৎতা থব্রাই থাদোকপনা ফৈ। ইপুখোই লোৎপিরুরো, ঐহাক ইতোমতা ওইরবসু লান থেংনগনি। ঐনা হিংলিঙৈদদি মৈতৈ পোকপীবু কৈদৌঙৈদসু মীখা পোলহল্লোই।

কুলচন্দ্র — যুবরাজ, মহৈসু চাহৌদবা অরেম্বদা থবাই থাদোক্লগা করি কাম্নগদগে ? ইয়াম্বনা হায়বা ইল্লু, ইবুংঙো, মতম খরদংদদি অবাবা নুংঙাইতবা পুম্বা খাংখিসি। নত্তে অসুম লৈদুনা কায়দে। য়েক্লবা য়ৌরক্লিঙৈদা, খুদোংচাবা মফমদা চৎনবা তৌহৌসি। ইপুসু শেম শাবিরুরো, ঐখোইসু থৌরাং তৌরুরসি। যুবরাজ। (মনাওগী মখুৎ পাইদুনা চিংবা, মাইকে অমদগী মেক্সওয়েলনা চিংদুনা সাহেবকী সিপাই চংলক্লুনা, ফ্রেক য়ুংবা, বেংগুল খোংবা)

শিন থাদবা।

# ৩শুবা অঙ্ক।
# ২শুবা দৃশ্য।
# লম্বি।

(মাইকৈ অমদগী খেলেন্দ্র সুবিদার চংলকপা, অতোপ্পা মাইকৈদগী মেঞ্জর মেক্সওয়েল চংলকপা, সুবিদারনা সালাম তৌবা)।

মেক্সওয়েল – সুবিদার সাহেব ঙসি ফাওবা যুবরাজগী খবর ফংদে ?

খেলেন্দ্র – Sir, হৌজিক ফাওবদি যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎকী অরেপ্পা লৈফম খংদ্রি।

মেক্সওয়েল – (ঙহাক ৱাখল তৌরগা) Maharaja Kulachandra and Major Thangal য়াম্না লাইনা arrest তৌরে। করিগী যুবরাজ ফাবা ঙমদে ? Mind that Subedar Saheb, somehow or other যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ গ্রেপটার তৌদবা য়াদে।

খেলেন্দ্র – Sir, ঐহাক্না মিকুপ অমা ফাওবা পোত্থাবা তৌদনা, লৈকাই অমদগী লৈকাই অমা তাননা, খুল অমদগী খুল অমা লান্না, য়ুমথোং খুদিংদা অরোনবা চর থাজিন্দুনা, যুবরাজবু থিবা য়াম্না কন্না লাক্লজরি। অদুবু ঙসি ফাওবদি যুবরাজগী অরেপ্পা খবর ফংবা ঙমদে। (ঙহাক খল্লগা) Sir, ঐনা অসুম খঞ্জবদা, যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ মণিপুরগী চীংলোন ৱাংমা লান্না ......।

মেক্সওয়েল – No. Subedar Saheb, that's impossible. I can say boldly. Prince Tikendrajit is still in Manipur. Yes. মতম অমদা through চাছাৎ ভিলেজ মখোইনা outside Manipur চৎপা try তৌরে। But the king of চাছাৎ ব্রিটিশ কীরে, লম্বি পিদে। Trust me, Subedar Saheb. he is still in Manipur.

খেলেন্দ্র – Sir, মণিপুরগী মপানবু থোকখিদ্রবদি, নোংমা নত্রগা নোংমা, ঐহাক্না যুবরাজবু শোইদনা গ্রেপটার তৌগনি।

মেক্সওয়েল – And one thing, Subedar Saheb, what about the notice, I told you the other day ? নোটিশকী মরম করম তৌরে ?

খেলেন্দ্র – Sir, সাহেবকী হুকুম মতুং ইন্না, যুবরাজগী লৈফম তাকপা ঙম্বা মীদা, মনা য়াম্না চাওনা পিগনি হায়না, ঐহাক্না মণিপুর শিনবা থুংনা নোটিশ তৌজরে। অদুবু পাও পিরবদি লাইরদুনা, মৈতৈ প্রজা খুদিংমক্না নোটিশ অদু পারগা, শেগাই শেগাইদুনা লংশেকই।

মেক্সওয়েল – Never mind. Prize পাম্বা, পৈশা পাম্বা, মী লাক্কনি। (মতম অসিদা থোকচোম পয়লা চংলকপা)।

পয়লা – ইবুংঙো সুবিদার নত্রা ?

খেলেন্দ্র – মানি ইপু। করি হায়বিনিংবা লৈবগে ?

পয়লা – ইবুংঙো, যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎকী লৈফম তাক্লবদি, সরকারনা মনা য়াম্না চাওনা পিগনি, হায়নরিবা অসিবু অচুম্বরা ?

খেলেন্দ্র – অচুম্বনি ইপু। যুবরাজগী লৈফম তাকপা ঙম্লবদি মনা য়াম্না চাওনা ফংগনি। ঙাইখো ইপুনা ব্রাফম অসি হংলরিবদি, যুবরাজগী লৈফমবু, ইপু খংব্রানে ?

পয়লা – খংই ইবুংঙো। ইপুবু নখোইগী সাহেব অচৌবা অদুগী মনাক্তা পুদুনা চৎলু। মাগী মমাংদা ইপু লোইনা হায়দোক্কে।

খেলেন্দ্র – ইপু, সাহেব অচৌবা হায়বা অদু নমাংদা লেপলিবা অসিনি।

পয়লা – (ফিংনা) ইবুংঙো, আসাইনা হায়বদি কৈদৌই ? সাহেব সালাম। (সালাম তৌবা)।

মেক্সওয়েল – যুবরাজ লৈফম, নহাক খংলে ?

পয়লা – খংই সাহেব।

মেক্সওয়েল – (হরাওনা) মহাক কদায় লৈরে ? চুম্লে, মনা ফংনি।

পয়লা – সাহেব, মনা শোইদনা পিগনিকো ?

মেক্সওয়েল — Quite sure. হায়য়ু কদায় লৈরে ?

পয়লা — সাহেব, যুবরাজ ঐখোইদা লৈ।

মেক্সওয়েল — নখোই কদায়দা ? Oh, I am sorry. নংগী নমিং করি কৌরে ? করি থবক তৌরে ? য়ুম কদায়দা লৈরে।

পয়লা — সাহেব, ঐহাক্কী য়ুমদি চীংঙামথক্তনি। ঐহাক পয়লা হায়বা ফম অদু ওইজে। অদুগা ঐহাক্কী মিং হায়ববু, লৈপাক্লা নিংথৌ-মকু হায়না অসুম মচৎলি।

মেক্সওয়েল — Subedar Saheb, go with him just now and arrest Prince Tikendrajit. But you should be very careful. য়াম্না চেকশিনবা পামই।

খেলেন্দ্র — চিংনবিগনু Sir, মতিক চাবা লাম্নি পুদুনা ঐনা যুবরাজবু শোইদনা গ্রেপটার তৌগনি। ইপু, চৎলসি।

পয়লা — ঐগী মনা পিরোদনা।

মেক্সওয়েল — Not now, যুবরাজ লৈবা proof ফংলে, পৈশা ফংনি।

পয়লয় — (হরাওনা) যুবরাজ লৈবদি শোইদ্রবনিনা। অদুগা সাহেব, হন্দক্তি ঐবু পয়লাদগী খরা হেননা চাওবা ফম অমত্তা হাপপিয়ুনা।

মেক্সওয়েল — No. নং ফম ফংলোই, পৈশা ফংনি।

পয়লা — ঐবু ইফম, হাপপিবদা করি অকায়বা লৈবগে, সাহেব ?

মেক্সওয়েল — অকাইবা লৈরে, ঐ হায়গে তারো— নংনা নংগী দেশ নুংশিদে, পৈশা নুংশি। British Government কী under দা নহাক কৈদৌঙেদা ফম ফংলোই। (সুবিদারদা) সুবিদার সাহেব, নংগী duty শোইবা য়াদে। (সাহেব চৎপা হৌবা, সুবিদার সালাম তৌরগা লৈহৌবা)।

খেলেন্দ্র — ইপু সোমদা চৎথ্রসি, ঐহাক সিপাই খরা লোইনখিগে। (অনি থোকমিন্নখিবা)।

শিন থাদবা।

## ৩শুবা অঙ্ক।

## ৩ শুবা দৃশ্য।

## য়ুম (পয়লাগী)।

(মৈ হেক ঙানবগা খেলেন্দ্র সুবিদারগা থোকচোম পয়লাগা চংলকপা)।

খেলেন্দ্র – ইপু, ঐহাক অসিদা লৈজরমগে। ইপু ইমুংদা লেংসিন্দুনা, হৌজিক স্নাখ্বা লৈ লৈতে হায়বা .......।

পয়লা – ইবুংঙো, স্নাখ্বাদি পোমদুনা লৈবা মরম্না, মাঙ্গোল ককাদগী হেন্না মপান থোকপা ঙম্বা নত্তে, শোইদনা ইমুংদা ......।

টিকেন্দ্রজিৎ – (ইমুংদগী) কনা কনানো ?

পয়লা – ইপুখোইনি, ইবুংঙো।

টিকেন্দ্রজিৎ – (ইমুংদগী) অমদি কনানো, ইপু ?

পয়লা – শিলচরদগী ননাই অমনা যুবরাজ খুরুমজগনি হায়দুনা, ইপুগী তুং ইল্লকলিবনি। (টিকেন্দ্রজিৎ খোং শেক্লি শেক্লি তৌদুনা, মপান থোরকপদা সুবিদারগী পোষাক শেৎপা খেলেন্দ্রবু উবদা চিংনবা)।

টিকেন্দ্রজিৎ – (খেলেন্দ্র য়েংদুনা) করি হায়বিনিংবা লৈবগে ?

খেলেন্দ্র – ননাই ঐহাক নোংচুপ লোমদা লাকপা, মালেসা তেঙ্গোলগী সুবিদার অমনি। স্নাখ্বাবু থিজরকপা মতম ওহ্লোক্লা কুইজরক্লে। অদুবু ঙসিদি ঐহাক্কী লাইবক ফবনা, ইপু অসিগী কৃপাদগী, স্নাখ্বা যুবরাজগী দর্শন ফংজরে।

টিকেন্দ্রজিৎ – (নোফেৎ তৌদুনা পলয়লাদা য়েংলগা) ইপুনা সরকারগী মফমদা চৎতুনা, ঐহাক্কী লৈফম তাকপিরুরিবা ? মখোইনা ইপুদা পৈশাদি কয়া য়াম্না পিগনি হায় ? (পয়লা মাই লুকথদুনা তুমিন্না লৈবা)। ইপু, অদুক অহল ওইরবদা ওহ্লোক্লা চোপনা

শেল তাল্লিদা ? ইপুনা কয়া অমুক য়াম্না নংলদুনা, নুমিৎ-থানা পাল্লিবর্মখে, মৈতৈগী মেহৌরোন্দা মুৎপা নাইদ্রবা ময়েক্লা ইদুনা লৈহৌরগদবা, অসিগুম্বা বিশ্বাস ঘাটক্কী লমচৎ অসি চৎলুরিবা ? ইপু হন্দক ইপুগী শাজৎ অসি, নশুগী পুকনিং খরা নুংশি। অদুবু অবোকতোনবু পোকপা ইপুনিনা, অসিদগী হেন্নদি হায়বা তৌররোই। (খেলেন্দ্রদা য়েংলগা) সুবিদার, নহাক্লা ঐবু ফাবা পামই, নত্রা ?

খেলেন্দ্র – স্নাখ্বা, ননাই ঐহাক মৈতৈ ওইরবসু, মখোইগী মখাদা থবক তৌরিবনিনা, মখোইগী য়াথং ইনফম থোকপ্রা হায়দুনা লাকচরিবনি। মরম অদুনা স্নাখ্বা, ননাইগী ইমাই ওইজগে, দোলাইদা লেংখৎনবা .....।

টিকেন্দ্রজিৎ – মৈতৈ অমনা পাও তাক্লগা, মৈতৈ অমনা মৈতৈ অমবু ফাবা লাক্লিবা ? (নোকফেৎ তৌদুনা) ঐখোইগী জাতি অসি ওম্থোকপনি।

খেলেন্দ্র – স্নাখ্বা, ননাইবু অদুক হাক্লা দোষ তৌবিগনু। মতম কুইনা মখোইগী মখাদা চাকরী তৌদুনা লাক্লবনিনা, মখোইগী হুকুম ইন্দবা য়াদদুনা ...।

টিকেন্দ্রজিৎ – চাকরী তৌবা ? মীনাই ওইবা ? তাও সুবিদার অদুগুম্বা মীনাই ওইবগী ফিবমদি, নোংমতা ফাওবা টিকেন্দ্রজিৎকী পুন্সিদা মংদা ফাওবা মংখিদে। করিগী মীনাই ওইগনি ? করিগী মীখা পোনগনি ? ঐখোইবু ক্ষেত্রি নত্রা ? মৈতৈ নত্রা ? (ঙহাক তুমিন লৈরুরগা) সুবিদার, ঙসি ঐনা হায়রিবসি, ঐবু থাদোক্লমনবা হায়দুনা হায়বা নত্তে। নখোইগী মীনাইগী পুকচেল অদুবু তুক্কচদুনা হায়বনি, খংঙু।

খেলেন্দ্র – স্নাখ্বা, ৰাফম অসি ইপু-ইনাই য়েৎনদুনা লোইবা কৌবা লৈররোই। মরম অদুনা ৰাফম অসি মতম অমদা স্নাখৌগন তৌজগে, ঙসিদি দোলাইদা ইরেন্না লেংখৎনবা .....।

টিকেন্দ্রজিৎ – ঐনা চৎলোই হায়রবদি ?

খেলেন্দ্র – তৌবিগনু স্নাখ্বা। ইপু-ইনাই খৎনা-চৈনবা ফৎতেদা। ইরেম্না দোলাইদা লেংখৎনবা .....।

টিকেন্দ্রজিৎ – (শাওনা) টিকেন্দ্রজিৎনা চৎলোই হায়রবদা, চংনা নমদুনা পুগদবদি, কনাদি পোকলি ?

খেলেন্দ্র – লেংদবা য়ারোইদা, স্নাখ্বা। খেলেন্দ্র সুবিদারনা ফাগে নিংলিবা মীশক অদু থেংনরগা, নানথোকখিবদি করিগুম্বা মতমদা য়াওখিদ্রিদা, স্নাখ্বা।

টিকেন্দ্রজি – হা হা হা। লাও অদুদি, নতিক লৈরগা ফারু লাও। লৈরিবা মফম অদুদগী খোংগাপ অমত্তা হেনজিল্লকপদা, টিকেন্দ্রজিৎকী ইতিক খংগদবনি।

খেলেন্দ্র – অদুগা স্নাখ্বাসু, ঙসিদি খেলেন্দ্র সুবিদারগা থেংনরবনিনা, লৈবিরিবা মফম অদুদগী খোংগাপ অমত্তং লেংথোকপিগে নিংবিবদা, (খেলেন্দ্রনা পিস্তল শৎতোক্লকপগা, যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎনা চোংশিল্লত্তুনা পিস্তল য়েথবদা লৈপাক্তা তাখিবা, অদুদগী অনি লাক্লরকপদা টিকেন্দ্রজিৎনা খেলেন্দ্রবু লোংনা নম্বা)।

পয়লা – (ফিংনা) সিপাই, সিপাই ! (নাক য়েৎ অনিদগী সিপাই ময়াম চেনশিল্লকপা অমসুং যুবরাজবু ময়াম্না নমদুনা কোন্দুনা ফাবা অমসুং খেলেন্দ্র সুবিদার য়াম্না থুনা হৌগৎলগা পিস্তল খুনবা)।

**শিন থাদবা।**

# ৩শুবা অঙ্ক।
## ৪ শুবা দৃশ্য।
## বিচার শং।

(এজলাস মনুংদা Saint Johnfor Count Mitchel না Judge ওইনা ফমদুনা লৈবা, নাক্তা Major Maxwell and A.W. Danis, Commissionar Naga Hills ফম্বা, খেলেন্দ্র সুবিদার লেপ্তুনা লৈবা, সিপাই খরনা শস্ত্রি তৌবা এজলাস, মপান্দা চৌকি অনি থাদুনা লৈবা, চৌকি অমদা য়োংহ্লিং চনবা মহারাজ কুলচন্দ্র ফমদুনা লৈবা অমসুং সিপাই খরনা গার্ড তৌবা)।

Mitchel – রাজা বাহাদুর, your officer শিংগী জবানগী মথক্তা, রাজা বাহাদুরনা করি হায়বা পামলে ?

কুলচন্দ্র – সাহেব, ঐগী অঙম্বশিংগী জবান অসি, কদায়ফাওবা অচুম্বনো হায়বদো, ঐহাক হায়বা ঙমদে। মরমদি চিফ-কমিশনারনচিংবা সাহেব খরা হাৎখিবা অদুগী নুমিৎকী বিচারদা ঐহাক ইশা য়াওদে। অদুনা সাহেব, মরম অদু খংদবা মরম্না, ঐহাক্কী থোইদোকপা হায়নিংঙাই লৈতে।

Mitchel – Then Raja Bahadur, according to your officers' জবান, ঐখোইনা নংবু punishment পিবা পামই।

কুলচন্দ্র – সাহেব, ঙসি ঐহাক নখোইগী বন্দিনি। ঐহাক্কী ইরালগী মতুংইন্না নখোইনা দণ্ডি পিবদা, ঐহাক্কী করিসু বেরা লৈতে।

Mitchel – All right রাজা বাহাদুর, বিচার তারো। According to your Manipuri Officers' জবান, your fault য়াম্না উবা ফংদে। Still রাজা বাহাদুর, নংগী দেশতা সাহেব হাৎলে, নংগী fault লৈরে। Therefore রাজা বাহাদুর, নহাক দণ্ডি ফংদবা য়ারোই। নংগী punishment Raja Bahadur, you and your royal brothers except Prince

Tikendrajit হাজারিবাগতা for life বন্দী লৈগনি। (মহারাজ কুলচন্দ্র মমাই লুকথবা)। Subedar Saheb, রাজা বাহাদুর পুথোকখরো। I want Prince Tikendrajit and Major Thangal, (সুবিদারনা সাহেবতা সালাম তৌবা)।

খেলেন্দ্র – স্নাখ্বা ইবুঙো, লেংথোক্লসি। (কুলচন্দ্রনা সুবিদার অমসুং সিপাই খরগা লোইনদুনা থোকখিবা, সাহেবশিংনা চে-নুং ইদুনা লৈবা, মতম অসিদা খোংখুৎ অনিমক য়োৎহ্লিং চনবা টিকেন্দ্রজিৎ অমসুং থাঙ্গাল সুবিদার অমসুং সিপাইনা শল্লি তৌরগা চংলকপা)।

Mitchel – চিয়ারদা ফম্বা য়াগনি। (যুবরাজ অমসুং থাঙ্গাল ফম্বা)। Jubaraj Saheb and Major Saheb মফমদা ঐনা question খরা তৌবা পামই।

টিকেন্দ্রজিৎ – হংবা য়াগনি, সাহেব।

Mitchel – যুবরাজ সাহেব, মণিপুরদা চিফ-কমিশনার and some European officers হাৎপগী responsible কনা ওইরে ?

টিকেন্দ্রজিৎ – সাহেব, অদুগী মমাংদা ঐনা নখোইদা হংনিংই— নখোইগী বিলাট লৈপাক্তা কনাগুম্বা জাতি অমনা লান তারক্লগা, নখোই তুমিন্না য়েংদুনা লৈরমগদ্রা ? (নোক্লুনা) ঐহাক খংই, নখোইনা কৈদৌঙেদসু তুমিন্না লৈরম্লোই। থাপ্লবা সমুদ্র বাংমদগী মীরৈপাকপু লোয় চন্নবগীদমক, অরা-অনা খংদনা লাক্লবা, মিহৌচাওরবা কল্লকচাওরবা নখোইগী জাতিনা, নরৈপাক বিলাট শোক্লক্লগা, তুমিন্না য়েংদুনা লৈবা ওইথোক্তবা থবকনি।

Mitchel – অচুম্বনি যুবরাজ সাহেব, father-land গী freedom গীদমক ঐখোই লড়াই তৌদুনা জান পিথোক্লনি। But Jubaraj Saheb war-field ওইরবসু, দুষমন bereft of weapons, ঐখোইনা কৈদৌঙেদা হাৎপা তৌরোই। Really যুবরাজ সাহেব, মণিপুরগী nature য়াম্না wonderful নি।

টিকেন্দ্রজিৎ – সাহেব, খুৎলাই থারে, হায়দুনসু, ফৎতবা লৌশিংনা থল্লবা নখোইগী জাতিবু ঐখোইনা মতৌ করম্না থাজবা ঙমগনি ? মশাগী কান্নবু উরবদি, মীকুপ খুদিংগী, পূংজা খুদিংগী, জবান হোংবগী ইকাইবা লৈতবা মালেসা জাতিনি হায়বা, মৈতৈ খুদিংমক্কী থম্মোইদা ময়েক লানা ইদুনা লৈব্রবনি, খংঙু সাহেব।

Mitchel – যুবরাজ সাহেব, নহাক ঐখোইগী বন্দি ওইরে। ৱাখল তৌনা ৱা ঙাংবা ফৈ।

টিকেন্দ্রজিৎ – সাহেব, শেংলবা ইবুধৌ পাখংবগী ঈনা, ঙসি ফাওবা টিকেন্দ্রজিৎকী শিংলি খুদিংদা, অতৎপা লৈতনা চেল্লি হায়বসি, খক কাওগনু। ঐহাক বন্দি ওইরবসু, থৱাই শিবা কীবগী নোঞ্জবা ৱাঙাংদি, নখোইনা কৈদৌঙৈদসু তাবা ফংলোই।

Mitchel – যুবরাজ সাহেব, ৱাঙাং অদু তাবা, ঐখোইগী মতম লৈতে। নংনা তৌবা, নংনা ফংগনি। Tit for Tat.

টিকেন্দ্রজিৎ – সাহেব, নখোইনা খুকন-পাঙ্গললি হায়দুনা, অচুম্বা শাগে লাক্লরিবদো, মৈতৈ ঐখোইগী থম্মোইতনদি কৈদৌঙৈদসু য়ারগ্লোই। হন্দক মৈতৈ লৈপাক্তা থোকখ্রিবা থৌদোক অসিগী মরম থিরুরবদি, মালেসা নখোইনি।

Mitchel – Why ? করি মরম ?

টিকেন্দ্রজিৎ – সাহেব, লান শোক্লরিবা মফম অসি মণিপুরনি, বিলাট লৈপাক নত্তে। লৈপাক অসিদা নখোইনা লাক্লগা, ইরাল লৈতবা ঐখোইগী ইথক্তা, অহিংদা নোংমৈ কাপ্লগা, খৎনবা হৌরবা নত্রা ? অদুগসু নখোইনা অচুম্বা শারিবা ?

Mitchel – যুবরাজ সাহেব, নখোইনা মহারাজ সুচরন্দ্র illegally abdicate তৌরে, That's why ঐখোইনা মণিপুর লান তারে। ঐখোই করম লাল্লে ?

টিকেন্দ্রজিৎ – হা হা হা। সাহেব, অদুসু ফনা নোক্লিংবা ৱাফম অমনি। ভারতকী মপু ওইরিবা, বুদ্ধি লৌশিং লৈরবা, মালেসাশিংনা মী অমগী মৱা তারগা, অচুম্বনি হায়না হেক্তা লৌদুনা, দেশ অমা জয় তৌগনি হায়দুনা লাক্লিবা অসিসু, ফনা চাওখৎপগী ফিবম মাল্লি। হা হা হা। ইচিন-ইনাও খৎনজবদা, নখোইনা করিগীদমক্তা নখুৎ থিংজিল্লরিবনো হায়বা, ঐখোই খংদবা নত্তে, সাহেব। মরম অদুনা সাহেব, মহারাজ সুরচন্দ্রবু পুথোক্তুনা মীনম্বা অমুক ঙাংদ্রবসু, মালেসা নখোইগী ওইজবা য়েংবনি হায়য়ু, সাহেব। হা হা হা।

Mitchel – যুবরাজ সাহেব, too much talking অচুম্বা ওইবা য়াদে। নখোইগী fault কৈদৌঙেদা pardon তৌরোই।

টিকেন্দ্রজিৎ – সাহেব, অকনবনা অচুম্বা শকই হায়বা অদুনি। নখোইনা ঐখোয়গা খৎনবনি, নখোইনা বিচারপতিনি। ঐখোইনা লানবা ময়েক্লা তারবনি।

Mitchel – যুবরাজ সাহেব, নশানা লাল্লে, করিগী ব্রিটিশ দোষ তৌরে ? According to your officers' জবান, শেংনা খংলে, Britishers হাৎপা responsible যুবরাজ সাহেব and মেজর থাঙ্গাল অনি ওইরে।

থাঙ্গাল – সাহেব, মতাং অসি য়ৌরকপদা য়াম্না থিনা লানবা মরম অমা লৈরে। অসিগী মরমদা, সাহেবকী মফমদা, ঐহাক্লা ৱা খরা হায়বা য়াগদ্রা ?

Mitchel – Yes, হায়বা য়ানি, Major Saheb.

থাঙ্গাল – সাহেব, মৈতৈ লৈপাক্তা সাহেবশিং হাৎখিবগী মরমদা যুবরাজবু চেন্নরিবা অসিবু, মৈতৈ অঙম্বশিংনা যুবরাজ য়াওই হায়না, মচিনমক্লা হায়বমক্লা ?

Mitchel – Yes, Major Saheb. যুবরাজ য়াওবগী proof মখোইনা য়াম্না কম্না পিরে।

থাঙ্গাল – সাহেব, ঐনা য়াম্না কন্না লাল্লি হায়রিবসি, মতাং অদুদনি।

Mitchel – Why ? করি মরম ......... ?

থাঙ্গাল – সাহেব, নুমিৎ অদুগী বিচারদা, নহাক নশামক, করিগুম্বা য়াওরম্বা থোক্লবদি, থাঙ্গাল মেঞ্জর মিনম্বা ঙাংদে হায়না, নংনা ঐবু শোইদনা থাগৎলমগদবনি। অদুবু মতম অদুদা সাহেবতি য়াওহৌদ্রবনিনা, ঐনা হৌজিক ৱা অসি হায়রুদুনা থোইনা কায়বা লৈতে, মোইবুংদা খুজিম্না শিকপা শোইদনা তাগনি।

Mitchel – অদু ওইরবসু Major Saheb, নংগী ৱা তাবা পামই।

থাঙ্গাল – সাহেব, অদুদি হায়রগে তারো। সাহেব, হন্দক মণিপুরদা সাহেবশিং হাৎখিবগী মরমদি, যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎপু চেয়রিবসি, নখোইগী য়াম্না চাওরবা অরানবা অমনি। সাহেব, নুমিৎ অদুদা ইশামক য়াওরুরবা, ঐহাকনা হায়রিবসি অচুম্বনি হায়না লৌবিয়ু। মীনুংশি খংলবা যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎনা নুমিৎ অদুদা, খুৎলাই য়াওদ্রবা মালেসাশিংগী মথৱাই কন্নবা য়াম্না কন্না লাক্লরমই। অদুবু থাঙ্গাল ঐহাক্না য়ামন্দবদগী, মালেসাশিংগী মথৱাই মাংখিবনি, মখোইবু অঙাং ওন্নবগী হুকুম ঐহাক্না তৌবনি। মরম অদুনা সাহেব, থোকখিবা থৌদোক অদুগী মরমদা, যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ করি অমত্তা খংবা লৈতে।

Mitchel – মেঞ্জর সাহেব, নংগী ৱা থাজবা ঙমদে। Because নংগী নথক্তা যুবরাজ সাহেব হুকুমদারনি।

থাঙ্গাল – সাহেব, যুবরাজনা ঐগী ইবুংঙোনি, হুকুমদারনি হায়বা, ঐহাক খংই। অদুবু লানফমদদি মেজর জেনেরেলগী হুকুম ইনবনা, খুৎলাই পাইবা সিপাইশিংগী মথৌনি। মরম অদুনা ৱাখল মুন্না ..... ।

টিকেন্দ্রজিৎ – ইপু, ৱা মখা তাবিরগনু। করিগীদমক্তা ঐগী থৱাইবু ইপুনা কনগে হায়না লাক্লরিবনো ? মীখা পোল্লবী ইমা মৈতৈ লৈমাবু

য়েংদুনা, ঐহাক মিকুপ অমা ফাওবা হিংজনিংদ্রেনে, ইপু। (সাহেবতা) সাহেব, নংনা খল্লিবদু অচুম্বনি। ঐহাক্কী হুকুম মতুং ইন্না, সাহেবচাশিং অদু অঙাং ওনখিবনি। অদুগীদমক্তা নখোইনা পিনিংবা দণ্ড পিবা য়াগনি।

Mitchel – All right Jubaraj Saheb, please get the decision of the trial. As a result of waging war against Queen Victoria and killing Britishers bereft of weapons, Jubaraj Tikendrajit and Major Thangal shall be hanged. ফাঁসি তৌগনি।

টিকেন্দ্রজিৎ – হা হা হা। ফাঁসি ? হা হা হা। সাহেব, ঐগী থবাইনা পামজরবা দণ্ড পিবগীদমক, ঐনা নখোইবু হন্না হন্না থাগৎলি। অদুবু সাহেব, নখোইগী মরক্তা, অরানবা মশক খংদবা, অচুম্বতা চৎপা, কনাগুম্বা অমত্তং য়াওরম্বা থোক্লবদি, ফাঁসিদি হায়রুগনু কৈশুমশংগী হুকুম ফাওবা পিদদুনা, ঐহাক্কী চাক্লবা থম্মোই অসিবু, অহিং নুংথিল অনিমক্তা কপহল্লমগদবনি।

থাঙ্গাল – ইবুংঙো যুবরাজ, মরম অসি বিলাট মহারানীগী মফমদা আপীল .... ?

টিকেন্দ্রজিৎ – ইপু, শোইদনা তৌগনি। অদুবু ইপু, হন্দক তৌগদৌরিবা অপিল অসিদি, থবাইগীদমক্তা মখোইগী মফমদা ভিক্ষা তৌবা নত্তে। মালেমসাশিংনা মৈতৈ লৈপাক্তা লাক্লুনা লান তারবা অমদি নোংমৈ কাপলবা অদুগা মরালনা মৈতৈ ঐখোইদা পিবা, অসিগুম্বা অচুম্বা আইন অসি, নুমিৎ থানা পাল্লিবা মখে, পৃথিবীগী ইতিহাসতা ময়েক লানা ইদুনা লৈহৌনবগীদমক, আপীল শোইদনা তৌগন।

Mitchel – Subedar Saheb ! (বন্দি পুথোক্লবা ঈঙ্গিৎ তৌবা)।

খেলেন্দ্র – (সাহেবতা সালাম তৌবা লোইরগা) লেংথোক্লসি। (খেলেন্দ্র অমসুং সিপাইগা লোইননা যুবরাজখোই থোকখিবা)।

শিন থাদবা।

# ৩ শুবা অঙ্ক।

## ৫ শুবা দৃশ্য।

## লম্বি।

(ইম্ফাল নিপা অমা য়াম্না শুকথনা চংলকপা, অতোপ্পা মাইকৈদগী লৱাই নিপা অমা চংলক্লগা থেংনবা)।

লৱাই নিপা – (মুন্না য়েংলগা) ইবুংঙো, নহাকপু অদুঙৈ, শ্রীযুৎ ইবুংঙোগী অভিষেক নুমিৎতা থেংনখিবা ....... ?

ইম্ফাল নিপা– মানি তাদা। তাদাদি কদায়দা লেংলুরিবা ?

ল: নিপা – ইবুংঙো, ইয়াম্বা পাও অমা তাদুনা ইম্ফাল কারকপনি। হায়য়ু ইবুংঙো ইয়াম্বনা তারিবা পাও অসিবু অচুম্বরা ?

ই: নিপা – করি পাওনোনে, তাদা ?

ল: নিপা – ইবুংঙো, বিলাট মহারানীদা আপীল তৌখিবগী চে হল্লকলে। যুবরাজগা মেঙ্গরগা ফাঁসি শোইদ্রে হায়নরিবা অসিবু ..... ?

ই: নিপা – অচুম্বনি তাদা। নুমিৎ অদো ঙসিনি।

ল: নিপা – (ঙক্লা) ঙসি ?

ই: নিপা – থৌরাং পুম্বা লোইখ্রে, শোইদ্রবনি। তাদা, অসিগী ৱাসি ঙাংনবা হৌনদ্রে, চৎতুম চৎসি লাকও। (অনি থোকখিবা, অতোপ্পা মাইকৈদগী য়োৎহ্লিংচনবা যুবরাজ, থাঙ্গাল, সিপাইনা শস্ত্রি তৌদুনা, সাহেবশিংগা লোইননা লাকপা, পথিক অমনা ঈশৈ শক্কুনা চংলকপা, সিপাইনা ইনথুবা পথিকপনা ঈশৈ শকপা)।

ঈশৈ।

তাখিদৌরে কোরৌহনবা
পোইরে মৈতৈ লৈময়োন্দা
নমু তাইবং কপহন্দুনা।
নোংচুপ চীংয়া কোরি চেল্লে
নোংপোক লৈমা ফিরুক খুল্লে
পোশ্বী চেকলা কাইদোং থিরে
মপী কাইনরবা শনাও মচানা
ঙাওদুনা চেল্লে মাইকৈ তরা
খোংদুনা কপনা হস্বা হস্বা।

(পথিক ঈশৈ শক্লা শক্লা থোকখিবা)।

**শিন থাদবা।**

# ৩ শুবা অঙ্ক।

## ৬ শুবা দৃশ্য।

## কাংজৈবুং।

(ফাঁসিগী উফমনা চিংবা শেম শাদুনা লৈবা, থৌরি অনিনা চিংবা থৌরাং তৌদুনা লৈবা, উফম অদুদা কাননবা সিড়ি নিংথিনা চনবা, সিপাইশিংনা য়াম্না চেকশিন্না গার্ড তৌদুনা লৈবা, মৈ হেক ঙানবগা খোং-খুৎ য়োৎথিং চনবা টিকেন্দ্রজিৎ অমসুং থাঙ্গাল সিপাইশিংনা কোইদুনা, সাহেবশিংগা লোইননা চংলকপা উবদা, off তগী প্রজা ময়ামগী নিন-খোংবা অমসুং নুপী-ময়ামগী কপ-লাওবা)।

নিপা অমা – (off তগী) লৈপাকমচাসা, মীওইনা, পোক্লবদি, শিবা শোইদ্রবনি। মরম অদুনা নিপা মচা থৌদাং য়েংদুনা, মৈতৈগী মমা-মপা ওইরিবা যুবরাজ অমসুং মেঞ্জরবু কন্নবা লাক্লসি। ঙমদবা থোক্লগা মখোইগী মমাং থাদুনা, নোংমৈ তোপকী মচিন্দা য়াইবী থবাই থাদোকসি। মমা-মপাবু কন্নবা লাকনবদি, মচা ঐখোইগী ইথৌ নত্রনে, ইচিন-ইনাওসা ?

নুপী অমা – (off তগী) ইরৈপাকপু নুংশিবা, জাতিবু নুংশিবিবা, মৈতৈ ইবুং-ইপ্পা পুন্নমক, ইরৈপাক্কী ইমা-ইপা ওইরিবা মখোইবু কন্নবা, লাক্লবদা, ক্ষেত্রিগী মগুন চপ চানা উৎপিয়ু। নুপী ঐখোইসু কৈদৌঙেদা তুমিন্না লৈথোক্লোই। লানফমদা চৎলগা ভৈরবীগী রূপ লৌদুনা তাঙোবকী জগোই শাগনি। ইবুং ইপ্পা পুন্নমক, থিল্লে, অমুক পনবিরগনু।

মেক্সওয়েল – (ঈরাং অদু কোয়েং য়েংলগা, সিপাইদা) All of you remain well prepared with guns loaded. Nobody is allowed to come in. Ready for fire as soon as you are ordered. হুকুম ফংবগা fire তৌবা। (যুবরাজদা য়েংদুনা) Jubaraj Saheb, you better quell your subjects or there shall be loss of life of women and children for nothing. নুপী-অঙাং শিবা কান্নবা লৈতে।

টিকেন্দ্রজিৎ – (মাইকে মরিদা কোয়েং য়েংলগা) নুংশিরবা প্রজা ইচিন-ইনাও পুম্নমক, অমদি মৈতৈ লৈপাক্কী ইমা-ইবেল, ইচন-ইচেনশিংনা, ঙসি টিকেন্দ্রজিৎকী পুন্সিগী অরোইবা পাওমেল অসি অমুক্তা থব্রাই য়াওনা তাবিয়ু। ঙসিগী অসুক নুংঙাইরবা নুমিৎ অসিদা, ইচিন-ইনাওশিংনা করিগীদমক্তা অশাওবনা মাংওইনরিবনো ? ইমা ইবেলশিংনা করি মরম লৈদুনা অব্রা-তেংথাবিরিবনো ? তাবিয়ু লৈপাক প্রজা পুম্নমক, ঙসিদি কপ্পগী মহুৎতা হরাওনা খুবাক খুদুনা নোক্কদবা নুমিৎনি। করিগীদমক্তা নোক্রোইদৌরিবনো ? পোক্রফম লমদম, ইরৈপাক্কীদমক্তা য়াইবি থব্রাই থাবা ফংজবা, ঐখোইগুম্না লাইবকফবা মীশকপু, জগৎ অসিদা কনা অমা লৈরমখিগদগে ? অসিগুম্বা ফাঁসি অসিদি হন্দক্কী মপোক্তা নত্তে, তাইবং ইপোক খুদিংদা, ঐখোইগী ইরাইবক্তা তৎতনা তম্বিনবগীদমক, ইচিন-ইনাও পুম্নমক অমদি ইমা ইবেলশিংনা, শ্রীগোবিন্দগী চরন্দা প্রার্থনা তৌবিয়ু।

নিপা – (off তগী) নত্তে নত্তে স্নাখ্বা, ননাই ঐখোইবু অমুক থাম্বা তৌবিরগনু। স্নাখ্বাখোইগী নামাং থাদুনা য়াইবি থব্রাই অসি ......।

ময়াম – (off তগী) মানি, থাদোক্কদবনি। মমা মপা লৈত্রবদা মচানা হিংবগী করি কান্নবা লৈবগে, ইচিন-ইনাওসা ?

টিকেন্দ্রজিৎ – ইচিন-ইনাও পুম্নমক, ঙসি যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ খোং-খুৎতা য়োৎথ্রিং চল্লগা, বিজাতি মালেসাশিংগী মখুৎতা বন্দি লৈখ্রে খনবিদুনা, ঐহাক্না হায়জবা পুম্বা, নখোইনা থৌওইবিদ্রবরা ? নত্তে নত্তে ইচিন-ইনাওসা, ঐহাকপু অমুক্তা নুংশিবিয়ু, ঐহাক্কী বা তাবিয়ু– নখোই অমুক নিনখোংবা, কপলাওবা তৌবিরগনু। নখোইনা নরৈপাকমচানি খনবিদুনা ঐখোইবু নুংশিবিরবদি, ঐখোইনা নিংজবা মহৈ য়ান্নবা, তুমিন-তুমিন্না থম্মোইনুংদা, শ্রীগোবিন্দবু নিংশিংবিয়ু। (প্রজা ময়াম তুমিন তুমিন লৈখিবা)।

ইমা, মৈতৈ পোকপী, নচানা পাংদবা মরম্মা, হন্দক্কী মপোকতদি, ইমাগী সেবা মতোন লোমলমদ্রে। অদুবু ইমা, মপোক মপোক খুদিংদা, নচা ওইনা পোকচদুনা, অমুকতংদদি ইমাগী সেবা, ইনিংথুংনা তৌজগেকো, ইমা। (মখুৎ লোম্নদুনা খুরুম্বা, মতম অসিদা off তগী ঈশৈ শক্লকপা, মীৎতা পীগী ঈরা চেল্লগা যুবরাজ অমসুং থাঙ্গাল মাইকৈ মরিদা কোয়েং য়েংলগা ঈশৈ তাদুনা লৈবা)।

ঈশৈ।

সন্ধ্যা ওইরে মমশিল্লক্রে
নোংচুপ চীংনুং চংখরে নুমিৎ।
তাইবং অব্রা মাইথোং লাংলে
খুদাং পিফম তৈনখরে।
থম্মোই কাইরবা মীকপ তেংথানা
নিনখরে ঙসি সনা-লৈপাক।

থাঙ্গাল – (থম্মোই কাইনা) ইবুংঙো, যুবরাজ।

টিকেন্দ্রজিৎ – (থম্মোই কাইনা) ইপু ! (অদুদগী ফিংলপনা) সাহেব, নুংশিরবা মৈতৈ প্রজাগী মমিৎতগী শিষ্থরক্লিবা পী অসি ঐহাক য়েংবা ঙমদ্রে। নখোইগী নথৌ থুনা পাংথোক্লো। ইপু মেঞ্জর লেংখৎলসি। (টিকেন্দ্রজিৎ থাঙ্গাল নোকফেৎ তৌদুনা থাক অনি-অহুম কাখৎপা, প্রজাগী নিন-খোংবা, off কী ঈশৈ লোইবা মান্নবা)।



ড্রোপ থাদবা।

লোইরবা।



